চবৈ ফাঁ পীদ্রে। মাতুদা লাইবেম্বীশি অঙাংগা হাইরকই— 'ঐখোইগী চবৈ পীযু ইনাও নুপি অতোম্বীগী না। তারোই ওইজহৌ।'

লৌশিং চাওবা অংম্বেনা খল্লি— চবৈ নোংখোবখগা মনাও নুপিবুস্থু পুখিগদৌবি।" অসুম্না খন্দুনা মান হাইরকই— 'ননাও নুপিদু ঐগী খুত্তা হান্না শিন্থখা অদুগ চবৈ পীয়।

লাইরেম্বীশিং অদুনা যাবরোই হাইবা খল্লদুনা মনাও নুপি অতোম্বীবু অঙম্বগী মখুত্তা পীথ্র। অংম্বেনা লাইরেম্বী অতোম্বীবু খুজে পানলোইনবগা মখোইদা চবৈ পীখি।

মচেম ৬ অদো লাইজ ঈপান লাবা লোইরে। মখোইনা লৌবাই কোইরেল থক্তা পানা থেঙ্গনগা মনাও নুপি খুৎ হৎতুনা কৌবকই। নমু তাইব মীখুৎ চম্লানিন মনাও নুপি অদুদি খোংকাপ নাহুই তম্না পাখি দ্রে। মচেম ৬ অদো অসুম লেপতুনা লৈরক্লবদা মানা হায়জবকই— পালেম ইমা শরুপী ইচেমখোই। ঐদি চীঙু লাইবমদা তিনবা যাবরোই নমু তাইব মীনা খুজে পানলোইনাথ্র।" অসি হাইরুনা খুদা পিফম তৈ তব লাইজ ঈবা চেন্না কপই। মচেমশি অদুনা চৎন চৎন মনাওবু খুৎ হৎতুনা কৌই। চীঙু লাইবম যোবদা লাইগী পুজা হেল্লবদি লাইবক তিনবা যারবোই অমবোমদা মনাও নুপি অতোম্বী অদুনা তাইব মীখুৎ চম্না লৈহৌবা অদুদা মনাওবু হুন্দোক্লমতুনা চৎপস্থু ঙমদ্রে। অসুম্না অবাবা অনিগী মরক্তা রাখাল লাজিন পুন্দুনা লৈবা মতম অসিদা লাইজ

ঈপান ল্যাংনবা মখোঙ্গী লৌবাই কোন্দবেন থক্তা পু’ৰিবা পু-ল্যাংশি অহু মাপম লৈমাইথক্তা থাদাবে পুল কাইরে। পুলাং অত্তুনা কাইবা লমদম অহুবু মপু মোইবাং নিংথৌগী সনা খাইরি কৈথেল চেগাই পোকপী শম হাইনা তেংথানৈ। ঙাংখ ল্যাকপনা খুজে পাইত্তুনা চিবদা চীংঙ্গু লইবেম্বী অদা খোংক্ষম অমা লবা ঙমখিদে। অহিগী তাপ্লীনা থেংথরক্লবা ফাওবদা ল্যাই নম্বী অত্তুনা খোকাপ নাহুই তমশি হংইবা মখিদ্রে মাত্তুদা অওম্বা অহুম্বু মযুনদা হনখ্রে।

ইন্দু শোরা তৈতা ঙাল্লে। ঙাংখল্যাকপগী মদাইবেম অনিনা লাঙ্গাই শজিক ফানগে হান্দনা থোক্লকপদা চান ফাইদি মবক্তা চীংঙ্গু ল্যাইবেম্বী অত্তুনা লেপত্তুনা লৈবা অাঁউবে। নমু তাংবং পী ওইবাবাউ নিত্তুনা মখোইনা কোনোগ মপাও তলুবদা পাওখুমখিদে। চীংঙ্গু ল্যাইবা হাইববস তাইবং মীগী মবক্তা কোইদি মবক্তা লৈ। তাইবং মীবা হাইবম্বু কাম্লেংব মপাও হংবদা পাওখুমদে অত্তুনদি মোইবা নিংথৌ চীখুবা তেল হৈবদা তঙ্গলুবনা চুমগদমাল্লে খন্দুনা মখোইনা সনা মাইকোপ তম্না চেনখৎলক্লে। মপু মোইবা নিংথৌম্বু সনা খোংলে-থোক্লকপগা মান্নত্তুনা লম্মখাংদা মদাইরেমশিংনা কোনোব মপাও তঙ্গৎচখি।

মপু মোইরাং নিংথৌনা তয়ুমশা। কদাইদা লৈরিবনো। তাকউ’ হাইত্তুনা সনা যাথং তাকপিরকই। মদাইরেমশিংনা লমজিত্তুনা ল্যাইরেম্বী অহুনা লৈরিবা মফম অহু তাম্না সনা

খোংজোংলক্লে। নিখৌনা চিঙ্গোই পাওমন্নশিং হাইতুনা সনা য়াথং ওলক তাকপিরকপদা লাইরেম্বী অতুনা পাওখুম্নখিদে। মুজা মমাক তান্না লেংশিল্লকতুনা মপু সনা খুৎনা খুজেং পালোই-মতুনা চিংলকপদদি চীঙু লাইগী পাঙ্গল লৈবন্নিনা চীঙু থাংজিংগী নোংদম্নগা কনখিবগা মুজা খোংকাপ নাছুই তমদব। ঙমখিদ্রে অন্নম্না সনা যাইকোননুংদা পুবক্লগা মুজা মাবু মোইবাং নিংথৌগী তাজোই শীংদা চনখি। *

মোইবাং কাক্তা তোর্বুংদা পাম্বা কৈবেল পলহৌবে (ঙাওব হাইবা পাও সনা নাকোং য়ৌবক্লে। নিংথৌনা মদাইবমাশিং পুতুনা পাম্বগী মার খোঙ্গুল লীবশই। চীঙু থাজিনা শেম্বা চার ওইবনা চীংঙুগী শাযোন পীতুনা ওইবা পাম্বনি। হাকথং তা তায়োন তাগা লোইননা মোইবাং অঙম্বা ৭৬৭ থমংনচিংবা পুম্নমক অসিনা পাম্বা কোইশিল্লে। ৫ লাকলে ৫গী পাঙ্গন ১০০ লাকলে ১ গী পাঙ্গল কনবা পাম্বা খুৎনা শোইবগা কৈরেল যানা হৈবা শা কৈরেল যানা শোইরগা পাম্বা খুৎনা হৈবা শা পোক থেক ঈচুপ্পা খোৎ খোৎ শক ক পাম্বনা কৈবন হুল্লক্লে। মোইবাং লৈবাক মীযাম্না মপুগী থৌগল শোইগনি হাইনা লাওনরক্লে। লৈবাক মীযাম অতুদা পাম্বা শাবাক তমগে নিংখিদে। পাম্বনা মপু মোইবাং নিংথৌ তম্না পম্বেংলকপদা নিথৌগী

---

* মোইরাংগী শেখবা পুযাদদি মোইবাং চাবোক্তবনা পবিং তাহনা ইংখোলগী চাইগোই পল্লি থোক্লকপদা ঙাংখদা হাপ্লগা ফোইদিং মবক্তা লৈরমই হাইবগী ঙাংখ লৈমা ফোইদিং লম্বিৎ চুম্বা কৌই

শগাই তমশ্লকাদা মোইবা থোক্লেন অপোৌবনা থাক্লেন খুংশু পাইদুনা সনা থোংলতৌ গ তৌরক্লে। মাতু উবকপদা মোইরা চখাওম্বন। হাইববই —"ইতাও থোক্লেন। হন্দক্কী পাম্বা অসি চীংগু লাইগী শাংোন যাওবা কেনি। পাথৌ ইবুঙো মকশোলোই। এমেন তা নত্তন দ থাক্লেন খুংশুনদি পাম্বা পনডাকপা যাবোই। ই তাওনা মপু সনা থোগল তৌবিগেবা লৈবাক মীয়াম ডাক পিগেবা? চখাওম্বগী কাংলোয মপাও খান তাবদা মোইবা থক্লন অথোবনা মোইবা অওম্বশি শোক্কবা হাইদুনা কারন্দ চোখ। পাম্বনা মপু মোইবা নংথোবী শগাই পত্তক তানা হুঙ্গলকাদা মমু ইবুঙোবু তুওই নাতৈ থম্লগা। পাম্বগী মতু ইন্না মোইবা চখাওম্বনা তিমন তানা পাম্বা নমদুনা থিল্লে। পাম্বা কেবল ৪ গা চেংহুনা চংলক্লে। মতম অতুদা মনা নিংথোবু শমু নঙ্গন হো পোবগা পাম্বা ৩ তানা থিল্লে মশা নৌবা পাম্বা অমদি কিমন তানা থিনবা নংদ্রে শমু খুংনা নমদুনা যাবে। পাম্বা ৫ চনবা অসিবু (চাল্লা অশিবা ৪ লৈবম্বগা) চখাওবনা লৈ চংনা খুংনা নমদুনা যাই হাইনৈ। মাংসিদা মপু সনা হকচা শোকচন শনক্রপ্পা কাক থানগী শিনা শোকখি। অতুগু পোইবৈদাদদি মপু সনা হকচা শোকই হাইনৈ। মদাই বেমশিংগা লোইননা মপু সনা লাই কান্দা লেংখি।

চখাওম্বগী মথোনা, লৈবাক্কী নিংথৌগী অবাবা কন্নবা হোৎনবদা মশাগী মথবাইবু কথোকহুনা হোৎনখিবা। মাংগী মপুক চসু অতু উবদা মপু মোইবা নিংথোনা থোইদাক্লা

পেনবিখ্রে। সনা পুম্বি, পেনবিবতুনা মদ ইশেংগী মফমদা মায়োং লৌ ১৫ পীবিবে লোত্তাক ঈশাই ৯টা ঈশা ৫ কদুই থুঙ্গ, ত্রোং লাওবী ঙাক্রা পাং (তাকপাম) অমসু তোব্র থুমখো ৯ পীবিব। মাতুনসু সনা পুক্লিং নিবা থুদে। শনক্রপ্পা কোকথোন পীবিবে, কাবদা দোলাখ কুম্বদা শংগোল শল্লিক ঙাঙ্গোই পাবে, অমসু নিংথৌ ফিশ ই জানবা পীবিবে। সনা পুম্বি নিংবা খুবিখিদে। সনা সাথ তাকপিরকই — মোইবাংগী অঙম্বা। নিংথৌ ঐনা লাইবক খবনা ইমাম লাংলেন শাংতেদো, ঐগী তা লাই অ তাবী অসি ইমাম লাংলেন শকতুনা পুবক্ষমণা লোইননা ইদাইবম নঙোন্দা পীরবান’ অসি হাইতুনা খোইখা মহুন তন্নবী লোইদাম থাবুম ৩ শুববী ঙাংখবৈমা যুমলেন তোম্পোকপী অতু দাইবমগী মফমদা পীবিখি।

লোইদাম থাশী শুবতুনা ঙাংখবৈমা নচা ই বমা খম্ন পোক্লে। মতু চহি ৭ লৈবগা মপাবি খম্বা কই। মাহাক অসি খুমন নিংথৌগী ঈনি। অতুনা নচিন মোপবাবু নিংথৌ সনা ঈনি হাইনা তেংথৈন।

---

অসি হাইজবগী লমচৎ নাইদে তাকপিগনু ।

য়ারম অম্মুম্না ঙাংনরগা নচা কা ইচা কা য়েংনশিকো"
হাইনা চীঙু পরৈ চেৎনা থাগাম্লদুনা মথাই অনি তেম্মখি ।
পুরেম্বনা মরুপলোইবু তবা চঙন পীজখি ।

শলাং নিংথৌ—পাথৌ মরুপলোই । নবান যাইদ লাকতুনা ঐনি তম্মা চঙন চারেদো । লাইবক ঐগী ইবানথাইদসু মরুপলোইনা খোংদাবিবা য়াই ।

অম্মুম্না হাইনদুনা পুরেম্বনা শলাং নিংথৌগা লোইননা কবুই খুঙ্গং তানা খোংকাপ নাহুই তম্মিন্নখি । মযুম্নাক গৌবদা শলাং নিংথৌ অসি তাংলোই চল্লমদে হাইবা পুরেম্বনা খংলে ।

পুরেম্বা— পাথৌ মরুপলোই । যুমলেপকী চাব ফল্লমদববু কবিগীনো ?

শলা নিংথৌ—লোযবী চীং অংসদা লৈবিবা নুজাশিংগী মনুংদা ঐনা তিলাং খোইদাবা নুজা অমত্তনি । অদুবু মাবু পোকপা পঙ্গৌনা খুংকন পাঙ্গনবনা ঐনা নুজা মাবু তাংলোই শীংদা চনবা ঙমজদনে মরুপলোই ।

পুরেম্বা— পাথৌ হইবু ঙো । ঐগী হাকথং তা তাবোন তা যাওরিডৈদা মপা চা মথল্লুনা করি তৌগনি ? চম্বু নিংঙোল অদুদি খোংকাপ নাহুই খক তমদব্রা ?

শলা নিংথৌ—ঙাইবা লোক্তা লাইজ ঈপান ল্লাংই নিংঙোল্লা পুলাং খুত্তা পাংদুনা লাইজ লোকপা কুম্নকই ।

পুরেম্বা— অদুদি মরুপলোই ওসিদি কুম্নকয়া ?
শলাং নিংথৌ—চী.ঙ্. লাইগী থৌশীল্লা চুম্নবদি লোইননা খোংকাপ নাচ্চই তম্নকনি ।
পুরেম্বা — অদুদি পাথৌ ইবুংঙো, চৎলশি । পাম্বনা নায়েবগুম কৈবেম্না য়াথুম্পগুম ঐখোই অনি থুপলুম্নশি ।
( অনিমক নাথুপতুনা লৈখিল্লি । )

কবুই হেনবী হাইবী অসি হেল্লৌ হনবা হাইবা খুম্নাকপা অমগী মচা মুপিনি । মানা লাইজ ঈপান লাংগে হাইদুনা ওাইবা লোক্তা কুম্নকই । শলাং নিংথৌনা নাথুপতুনা লৈমম্বদগী খোক্লকতুনা হেনবী খুজেং পালোইননা চিংতুনা পুপ্রে । পাও অসি তাবদা হাওবা মমেল্লু শাওহনা তাম্নরক্লে । পাম্বনা নাথুপগুম থুপল্লিবা পুরেম্বনা হাকথং তা তায়োন তাগা লোইননা পাখংবা ফিতুপ ৯দা খৌশারক্লে । মানা হায়রকই— নখোইনা তাম্নরিবা হাওবাদুদি লাইরি, মোইরাং চখাওম্বা ঐগা তাগী খৌশানখিশি থাংগী অগোই শানখিশি । চখাওম্বা ঐগী যাইবীনা মাংলবা মতমদা নখোইনা পাথৌ মরুপলোইবু, তাল্লু ঐগী য়াইবীনা লৈবিউৈদদি লাইজ ঈশিংবু লৈনা পস্থিবগুম থিং-জিবসিনি । অসি তাবদা হাওবা মমেল্লু পুম্নমক অদু হাল্লনা চখাওম্বগী মতিক মথৌনা তাবনা শাওবম্না অদু লেম্লে । মখোই পুমনমক্না কবুই হেনবীবু মঙমগা লোইননা শলাংনিংথৌদা পীরে ।

নোংমগী কোরৌ মুমিত্তা হেনবীনা লাইজ ঈপান লাংগে হাইদুনা পুলাং খুত্তা পাইদুনা ওাইবা লোক্তা কুম্নকই । মানা

ঈশি, শোকতুনা লৈবা মতম অতুমক্তদা ল্যাংঙনুবীগী * মপারি ঙাংব কাওরেলসু থোক্লকতুনা মাগী মায়োক্তা লাইজ ঈথৌ মেল্লয়ে। কাওরেল অহু উবদা তিলাং খোইদাখিবনা মানা পূলা, অহু খম্নগা থুনা যাংনা চেল্লকতুনা মশাবী শলাংনি,থৌদা পাওদয়রে। মশানৌগী মপাওখোল তাবদা শলা, নি,থৌনা থুনা য়াংনা লাবতুনা কাওরেল অহু কারগা হেনবীদা পীখি। অহুবু কাওরেন অসি কবুই হেনবীগী অউন ষম্লি হাযনৈ।

পুরেম্বসু মুমিং শী,বুম ১০ নিমুক শলা, নি,থো ম মরান-ম্রাইদা লৈরম্নগা মোইরা, ময়ুমনাক তমনা খো,কাপ নাহুই তম্লক্লে। শলা, নি,থৌনা মরূপকী মপান্দগী মানা তিলা, খোইদাজরবী হেনবীবু তালোই ওইনা ফ,জবা অসিদা মপুক্লি, য়াম্না পেনখ্রে। অহুনা মরূপলোইনা ময়ুম মাইগৈ পা,লকপা অসিদা মানা মাগী তালোই হেনবীগা লোইননা অউন ষম্লি হাইরিবা কাওরেল অসি চি,লহুনা হৈনা মতুং ইল্লকই। লোয়বী চী,দা ক,বা পাম্নাও শি,নাও মহৈ মরো নচি,বা খবসু মানা হাওবা মদাইবেন খরবু পুহল্লকই।

পুরেম্বগী ময়ুম্নাক য়েৌরবদা শলা, নি,থৌনা হাইরকই — "পাথৌ মরূপলোই! নচনগা ঐগা পাওমেম্নরে অহুনা ঙসি ঐনা পুবক্লিবা কাওবেন অসি ইচন ইবেমা ঙা,খরৈমগী অউন ষন ওইনা পীরবনি।" অসি হাইহুনা মানা কাওরেল অহু চথাওহ্নদা পীরে।

---

* ল্যা,ওন নুপী হাইবদগী পোইরৈ তাদা ল্যাংঙনুবী হাইনখি।

পুরেম্বগা ঙাংখরৈমগা অনিনা কাওরেক অসি মচু ঙাংই হাইহুনা ঙাংব কৌই করজে নিংথি হাইহুম্না নিংথ কৌই, অমম্ভু মখোইনা পামই মরুপলোইনা পীবনি নম্ভু তাইব, মী য়োন খংবগুম তৌই হাইহুনা পামহৈবা কৌই।

পুরেম্বনা হাইরকই,—"পাথৌ মরুপলোই। নংনা যন অসি নচনগী অউন যন ওইহল্লবনিনা ঐনা মাগী মমি অসি অমুক থোল্লে। অম্সুম তৌনা মথংদেন অনিগী তিলা খোইদানববু উবদা ঙাখরৈমা হেনবী অনিস্ম খোইনৌ মতা শান্নগ্রে।

তে বী—খোইনৌ ইতা চান্নবী। নংদি নরাইবক করনা খোইখা মিহুন তম তাওজি মহৈ যানবগুম উরে। খোইনৌ নংনা পুবিবা তাওজি মহৈ অসি চন্নু ঐস্মু খোইখা মিহুন তম্লে হাইনা খঞ্জরগে। খোইনৌনা তমনিদো ঐনা লোযবী চীনিদো। লমদম ইদম তান্নহুনস্মু মিরেনগুম নিংনশিকো ইতা লোইনবী।

ঙাখরৈমা—খোইনৌ ইতা। ঐদনা পোকপনি খল্লোই। ঐগী ইচাদি নংগী নচানি ঐগীদি নংগীনি। নপাওখোন কাও নম্নুশিকো ইতারোই। মালেম অঙানবনা খংহৌরসম্ম, চীঙ্ লাইনা কুবিসন্নু।

অম্সুম্না হাইনহুনা মতারোই অনিদো তাওবা হুইগুম হক-শিংনরে। মতুংদা মালেম অঙানবগী খোংরাই মতুংইম্না শলাং নিংথৌগা হেনবীগা লোযবী চীং তম্না খোংকাপ নাহুই তমখি। পুরেম্বা ঙাংখরৈমা অনিস্ম চান্নবা মরুপকী হৈনা তুংইম্না চৎলুম্নগা যাংলৌ লম্মখাংদগী হল্লকই।

চেন্থু থিহ্না মথরাই কনবিনবগী মমক মোইমাং নিংথৌগী লৈমকোম্বা চংজ খ। থোংলেনগী মতিক খংবদগী লৈমনা মাবু চথাওম্বগী মকমদা থাজিনখি।

থো.লেম্না চাওবা লাক্লোই হঞ্জববু হাৎকনি হাইনা রাশকপ্রে। চথাওম্বনস্থু চ.জরক্লিবা মী অহুবু কনগনি হাইনা রাশকপ্রে। অওম্বা অনি মতিক খ.নবনিনা থোংলেম্না চথাওম্বগী মকমদা মাগী রাশক কাইহনবিদনবা হাইজখি। মানা কাইদনা হাই-জরকপা অহুদা চথাওম্বনা য়াবিরহুনা মশাবু নুঙ্গোইবীদা চম্নবা তাকপিখি।

থো.লেম্না পাইমা লৌশিং তিলা. থোইদাননা য়েংখখি "নম্ পো.লমচৎ মচৎ কত্তবু মকায়হুংদা চ.লকই হাইহুনা কনবদগী মথরাই পাম্মুদবা চথাওম্বনা তাক্লকই হাইহুনা ঐনা করম্না নুঙ্গোইবী চনগনি? লমচৎ অচুম্ববু করমনা লৈরা. লৈপাল মা.হনগদগে? মোইরা. লৈবাক্তা চথাওম্বগী পুকচেল-ওম্বদি মাংলমচৎতা লৈরম্মোই ভুংলমচৎতম্থু লাক্লরোই। মপারি মমোম লাক্লবা মওমদা মতম চানা নুঙ্গোইবী চন'গে। মপারি মমোম লাকজ্রবদি থো.লেন ঐগী রাশক ;কাইগে।" অওম্বা অনি মপু সনা থৌগনগী রাশক রারেপ্লহুনা লৈখি। অঙোম চাওবনা ফুবানরাদা লৈমগী কৈ পান্নহুনা লৈখি।

মতম অম্মুক কুইবসি মোইরা. থো.লেন অথৌবনা পুরেম্বা চথাওম্বগা ঔগ্রী হঙেন তাম্নগদবদা পুরেম্বগী মপান্নী শাক্লি হাইনা খল্লমই। হজিক্তি পুরেম্বম্থু মপারি খম্বা পোক্লে অহুনা মানা

ভাংথৈবেমা—করি বানো ইবুংঙো ; লাইগী লাক্কেনবা হৌনদেনা ইবুংঙো। নপারি পিক্লিনা নমোম পিক্লিশা, রাখুল খনবিয়ু।

চখাওম্বা—মুক্তা করি রাখম্লনো ; চীংঙ্গ থাংজিংবী নোংদুমি।

মথংলেনগী মপাওমেম্মা কনুখিবনা ভাংথৈবেমনা হাকথং তা তারোন তা লাম্বোক্লক্লে। ম্যানা মথল্লোমা গোংকাপ নাইদুনা তম থবা মাইথৈগে য়েংতুনা নৈজহৌই তরং লাইজ ঈরা চেন্দুনা চীংঙ্গ পরৈ চেংনা থাগোমহৌই।

পুরেম্বা চখাওম্বগী চীংঙ্গ লাইয়ামগী ল্যাম্বেনরকপদা চীংঙ্গ ময়ামনা থাবা ভমদতুনা থাংজিং লাইকোনম্বুদা চেনশিনখি। পুরেম্বসু ময়ুমনাক্তা হল্লকতুনা মশান্নৌ ইবেমদা পাওদমখি।

চীংঙ্গ থাংজিংনা চীংঙ্গ মযামদা তাকপিরকই "নখোইনা তাইবং মালং পানবদা চখাওম্বগী পম্বেনবা ওম্রোই। মাল্লা খোম্লেন তুমখুন হুম্বরিঙৈদা নখোইনা মাগী থরাই ৫ দো কাক্তা তোবু, তাম্না পুথোক্লগা মাংহল্লু। হকা থরাইগী তিন্নরবদি থমনু, শোরা তাল্লে হাইবা খংউ।" চীংঙ্গ থাংজিংনা তাক পিবা মতুংইন্না চীংঙ্গ মযাম্না পুরেম্বা চখাওম্বগী থরাই মাংহনখি।*

পুরেম্বা চখাওম্বা তৌরাং কক্তা ওল্লক্লে, মুমশংবা থোবাইদা ভাইরক্লে। মতম অসদা থোংলেন চাওবা আনিসু মরুপলোইগী অনাবা হংবা লাকই। মখোই অনিবু ঊরগা পুরেম্বা তরং লাইজ ঈরা চেল্লি অমসুং হাইরকই :— "পাখৌ মরুপলোই

* নাওদান চংবা পুয়াদদি মোইরাং পোংলেন্না হাংদুনি হাই।

অনিমক। পুরেম্বা ঐদি চীঙুগী পাওদাকী মতুংইন্না খমনুং য়ৌবা তারে। পাথৌ থোংলেন নহাক্না নমোম লাংলেন অসিগা নপাম্নি চাওদবা অসিগা পন্থৌশক্না লাঙোনহৌরো পাথৌ চাওবা নহাক্না পলেম শক্না লাঙোনহৌরো। তাইবং মাকুং পানবগী কুম্মেনা পাথৌ অনিগী ওইহৌরো, নোংমদোন কোরৌথক্তা পুরেম্বা ঐ য়েংগে।"

মোইরাং চাওবা নোংথোম্ববু মপারি কৈবোইজাম্বা কৌহল্লে। শিংজেঙন লৈরাংবু চীঙু লাইদা কংপঙুম চেংলৌ মশক য়েংলগা মমোম লাংলেন ইবেমা খমনুবু থুজেং পালোইনহুনা কৈরোই-জাম্বগী মথুক্তা পীখ্রে। চান্নবা মরুপ অহুম্না তেংথা নাওরোই-নহুনা ঙাইহাক পুঙোই লৈরম্লগা পুরেম্বা চখাঙম্বা খমনু শৌরা তানখ্রে। মশানৌ ইবেমা ঙাংখরেমা য়ুমলেন তোম্প্োকপীসু চীংঙু লাইগী শাযোন ওইবনা মথংলেনগী হৈনা মতুং ইনখ্রে।

মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ অমসু মনাও ইবুংঙো য়াঙোন নিংথৌ অনিসু মদাইরেম্না তৌরাং ফক্তা ওল্লে হাইবা তাহুনা থোংকাপ নাহুই তম্নকই। থোংলেন চাওবা অনিনা নিংথৌ মচিন মনাওবু ওকই। মদাইরেম য়াইবী মাংলে হাইবা তাবদা মপু ইবুংঙো তরং লাইজ ঈন্না চেল্লি। সনা য়াথং তাকপি য়কই "ইদাইরেম্ব নিংথৌ ঐনা শেম্বদা ইনিং থুংখিদে। য়াগৌগম্নুকো অঙম্বা! মোইরাং কাক্তা তোবুংদা ইদাইরেম নাহাক্না নিংথৌ ঐগী য়াইবী কল্লকপনি। হক্তিক ইদাইরেম কংনা য়াইবী মাংজবদা নিংথৌ ঐনা করম্না পান্দুনা লৈহৌগবা।"

মকুংদা খম্বা খমন্নু অনিবু উরগা সনা পুকনিং খনবিরকই ঐনা ইদাইরেম্বু শেমনিংবা ইনিং খুংনা শেমখিদে অহুনা মপারি লাংলেন অনি অসিবু ইনিং খুংনা শেম্নগে।) অম্মা সনা পুক্নিং খনবিহুনা সনা যাথং তাকপিরকই —"ইপু চাওবা থোংলেন অনিমক। পারি লাংলেন অনিমক অসি নিংথৌ ঐগী য়াইকোন্দা পুরগে। "সনা য়াথং তাবকপদা চাওবা থোংলেন অনিনা চৈরি ফিগাও শানা য়াজৈ মপু সনা খুয়া খাদা হঙংচৈ।—"নদাইরেম পুরেম্বনা থম্নম্লিবা নারা অনি অসি ননাই থোংলেন্দা পীনবিয়ু ইনিংথৌ। ননাইনা খমনুং শৌবা তাল্লমদাইদা ননাই থোংলেন চাওবদা শিন্নরমইনে লৈকোই মপু।' মদাইরেমশিংগী মপাওখোন তাবদা (মদাইরেম পুরেম্বনী মপাওখোন অসি মাংহল্লবোই, মতম চানা শেম্বিরগে হাইনা সনা পুক্নিং খনবিহুনা)— "অহুমঙাইরে ইপু থোংলেন মবানযাইদা লৈবসনু।' হাইনা সনা যাথং তাক-পিবম্নগা পুরেম্বা মযুম্নাক্তগী মপু সনা খোংলেংবিখি। রাঙ্গোন নিংথৌসু সনা খোংলেংখি।

চাওবা থোংলেন অনিনা পুরেম্বা ঙাংখরৈমা অনিগী হকচাং পুম্না চকচম মৈনা মৈরম পীহুনা ঈশিংনা পল্লেপনখ্রে লৈতাই নোংদাইখ্রে। থবাই খোমজিন পৈশিন্নবগী দমক নুমিৎ ১২ নিদা লুহন হেন্নহল্লে। মতুংদা ১৩নিশুবা নুমিত্তা উক্রোং হোংলে। থোংলেম্না মপারি মমোম অনিবু মযানয়াইদা থমখি।

## মবিশুবা পন্দুপ ।

# খুমন ময়েন্নু হঞ্জিনগে নিংবা ।

মোইরাং থোংলেন্না মপারি মমোম অনিবু ময়ান য়াইদা লাঙোন্দুনা লৈরকপা লোইদাম থাবুম ও লোম শুরক্লে । মসিদা চীংগু থাংজিংনা খল্লকই "অঙা অনি অসিনা থোংলেন ময়ান-য়াইদা অসুম লৈরবদি ঐনা শেম্বা য়ারোইদোরে অদুনা মখোই অনিবু থোংলেন ময়ান য়াইদগী পুথোক্লগে।" অসুন্না খন্দুনা চীংগু থাংজিংনা মশানৌ ইবেমা থাংজিং লৈমগা পাওমেন্নরে । থাংজিং লৈমনা নুজা খমনুগী রাখন্দা চংগ্রে, চীংগু থাংজিংনা মখোইবু পুথোক্কবা তৌরক্লে । খমনুনা খল্লকই —পন্থৌগী যাইথী মাংখিবগী ময়ম মোইরাং থোংলেন অথোবনি । অদুনা পন্থৌ ইপা ইবুঙোনা খমনু শৌরা তানখ্রবদা ইচিন ইপরানা থোংলেন মযুম্মাক্তা লৈবা অসি চুমদে, ইপা ইবুঙোগী শঙ্গাইনুংদা লৈরগে । অসুমনা খন্দুনা খমনু লাইরবীনা মচুনিংথৌবু পোন্থুনা লোনা লোনা মপাগী ময়ানযাই তানা চেল্লি । মোইরাং থোংলেন অথোবস্মু মপাবি মমোম অনিবু কদাইদা শোইখিনি কদাইদা তাখিনি খন্দুনা হিরি কোম্না কোম্না থোম্রেন তুমখুন হুল্লি । খমন্দুনা খোংকাপ নাহুই তম্লকপা খুদিংদা মাগী হিরি অদু লম্মখাংদ হেক হেক তৎলি, খোংকাপ নাহুই তমদবদদি তংতে । হিরি তৎপা নুমিত্তা মানা খন্না খমনুগী শাংদানকমদা চংদুনা য়েংই, লৈংমদ্রবদা তম্রদুনা হেক হেক ক্বাক্লনা পুরকই । অসুমনা

তৌবসিনা ৫/১০ মক তোইরক্লবদা থাংজিং লৈমনা তোংল্লনা খমনুগী পু ক্লংদা খুমন পোইরৈ লৈবাক মপা মপু পোক্লকম খুমন পুদা মপা মচা তিল্লুরগে হাইনা খনল্লে। চীংঙ্ থাং-জিংনা মখোইবু ঙাংখ লমদম মাইগৈ তানা পুখোক্লকলে।

হুমিং অহুদা মোইরাং থোংলেনগী হিরি তৎলি হাইতুনা খম্বা খমনু য়েংবদা মখোইদি য়াতাকমদা লৈরমল্লে। থোংলেল্লা অহিং তাংলৌ অথেংবদা ইমোম্না খোংকাপ নাহুই তমল্লিবা অনি চীংঙ্ করম্বনা পুল্লিগদগে' হাইতুনা মার খোঙ্গুল লিরক্লে। মানা পুরেম্বা হোজং য়ৌশিল্লকপা মতমদা চীংঙ্ থাংজিংনা পাম্বা কৈরেল শাদুনা পাম্বগী খোনফম পীখি, লাইজ ( হকী ঈশং ) তাহনখি। হোজং মনুং চংলকপদা লাইজ অহুবু খোনা হেক নেৎলকপদা মানা খল্লকই—' পাম্বগী খোঞ্জেনসু তাবে মফম অসিদা লাইজ ঈ তাবা অসিনদি পারি লাংলেন আনএক ঈঙাং পাক্তক্ল খবা তারে, পাম্বা কৈখা থাখিবা তারে। পারি লাংলেন অনিগী মার খোঙ্গুন মুৎলেদো। চীংঙ্ থাংজিং কোইরেল শ ইও। চীংঙ্ নংগী নোংদম অসিবু করম্না খাংল শিগে। (নোংমদান কোরৌ থক্তা যেংখৎতুনা) পাখৌ ইবুংঙো মরুপলোই। থেংলেন ইবান যাইদা নপা র লাংলেন অনিনা লৈববু পাখৌ ননিং থুংল্লহুনা পুখোক্লগা শজিক মতুং ইন খবা য়াঙ্গেন মমৈ ব ইনা নপারি লাংলেন অনিবু থাগোম্নহুনা লৈরল্লা ?" অম্হুম্না পুরেম্বা ঙাংখরৈমা অনিবু কৌরহুনা তেংথা নাওয়োইখি। কপ্পা কপ্পা খোংকাপ নাহুই তম্লকতুনা মপারি লাংলেন অনিগী

য়াইবী মাংলে হাইনা তাম্লোই অহন্দা মপাওখান তমখি। তাম্লোই অহনস্থ "থোইনৌ টক্তা চান্নবী' নপাম্নি লাংশেন অনিবু ইরান য়াইদা লৈবদা থোইনৌ ননি, থুত্রত্নুনা নোংমদোন কোয়ৌ থক্তা থুজেং পালোইননা চিংখৎলত্রা ? ইমাম ইবেমদো থোইনৌ নতম্বাক্তা পম্লত্নুনা পলেম নমা নচাদি চিক্লে।ক্লবরিগনি। পম্ভৌ চখাওম্বনা পারি ইবুংঙো চাওদবব্ব ফৈবা তা জিন থক্তা পম্লত্নুনা চীঙ্গোই পাওমেন্নবরিগনি। মোমন্নু ঐদি তাইবং মাল, পানবা অসিদা লৈহৌবা অসি মালেম লৈগী তীন্না চোংবগুম পাবি লাংলেন অনি কাইনবগী থাম্বী মৈশানা কনখবনা অ ম্নাবনা পোৎলুম কাহুনা লৈরেদো। হাইনা থুদাং পিকম তৈত্নুনা কপখি কপ্পা কপ্পা ইনুং শোবা তৈবা ফাওবা লৈখি।

খম্বা খমনু অনিদি থোংকাপ নাহুই তম্লকপনা ঙাংখ থুঞ্জিন যৌরক্লে। চীংঙুগী নোংদম্না কনখিবনা ঙাংখ হোংবা অসি মতম কুইনা মপারি লৈতবা মমোম শাৎতবদগী মপাবি অমা ক,জরে হাইহুনা হয়াওজবদা নুমিৎ শীংবুম ৬ নি গুবা নুমিৎতা মপারিগী য়াইবী মাংলে মালেম লৈদা চনখ্রে। পলেম মমানা থোম্নাং পুবা ঙম্লকত্রহুনা তাংলৌ থেংথ্রবা মতমদা মপাবিগী মালেম চনখিবা মকম তান্না চেম্ভোরক্লে। "পাবি ইবুংঙো ইমাগী থোম্নাং মায়োক্লসি" হাইহুনা পলেম্না জেংথা নাওরোইহুনা মপারিবু কৌম কৌরহুনা থোম্নাং মাবু শুমথখি। নমু তাইবং মীগী মীকপথোন তারকপদা অন্না লৈথৈ তারবী সুংশি পোৎলুম কারবী

খমন্তু পোক্লেন লাইরবীনা "চীংঙ্গু লোংদমখিবনা ইচিন ইপরাবু মাইনী লোৈগে থৌমলেথোক্কইদো। ইহুনিংখৌ ইবুংভো। মাৱা খোক্লেন খোকস্তু। খাবা লিংজেন ফতবা অভৰা থোক্লোজা তাৱকফত্নবা ইচিন ইপৱাবু মাইথী মাংলগনি" হাইহুনা মত্তু নিংথৌবু মাওথেক্কই। ওলাইমথৈ খমন্তু লাইরবীদো মোইবাং থোক্লেজা ফবা হাইনা খঞ্জরমই। হুজিক নমু তাইবং মীগী মারা তেংথারোন তাৱকপদদি চীংঙুমা মচিন মৌপন্নগী মাইবী লোৈরগে তৌৱবোইরে হাইনা মুজা মানা খঞ্জৱকই।

মপাম্বিনী মফমেম লৈমু চনফমদা খোৱা শুমথৱিবী মুপি অহুনা খমন্তুগী চেংলো উবকপদা খন্নকই:—ওমি কোৱো সুমিত্তা অহিং তাংলো অথেংবা অসিদা উৱিবা অমিবু নমু তাইব মীরা? নমু তাইব ওইরবস্তু নাৱা ওইনা উই। নত্রগা খোয়ুম লাইনা শাথোন শাক্লবত্রা?' শমু নজন থক্তা পোৱিবা নোংথাই খম্বগী কপ্পা খোক্লেন তাৱকপদা মানা হ'নকই:— নমু তাইব' মীরা খোয়ুম লাইরা? খোয়ুম লাই ওইরগা করম্বা খোয়ুম্বা শা-থোনখিৱবনো? মাৱা খোনকম পীনখিবু।

খমন্তু— ঐ দ নমু তাইব মীনি, খোয়ুম লাই নত্তে।

মুপি— অঙা' নাৱাগী খোক্লেন তাবসিবু কনাগী যাৱা খোনকমনো?

খমন্তু— ইহুনিংখৌবু শমু নজন খক্তা পোহুনা পুরক্রি। পলেমগী খোয়া লান্নহুনা ইহু-নিংথৌনা কপ্পকপনি।

মুপি— নংগি করি অমদগীনো?

খমনু— মোইরাং খুল্লক্তগীনি ।

নুপি— মুশিচাদি ওইবী নংনা করম্না নহুনিংখী পোক্তনা লাকই ?

খমনু—পলেম ইমা শকপী ; খুমন ইরৈপুংদা চৎকে লাকপনি ।

নুপি—লাংলেন ইবেমা ! পলেম পম্বৌগী কোংলোন করি কৌই ?

খমনু—পলেম ইমা শকপী ? ঐদি মোইরাং পুরেল্পা চখাওম্বগী মচোমচোইনি । পলেমগী কোলোয়না ভাংখরৈমা কৌই । পলেম পম্বোনা খমনুং শৌক্লা অনগ্রবদা মোইরাংগী অংথোকা থোংলেনকু কিবদগী খুমন ইরৈপুদা খো কাপ নাহুই তক্লকপনি ।

নুপি—(পারি ইবুংডোনা খমনুং শৌরম্না অনখিবদি ইতা ইবেমা ভাংখরৈমনা পোকপা পারি লাংলেন অনিবু খ্বাকপিনিঙাই লৈররোই হাইদুনা খমনুং ত নখি কোইরে চীংঙ্ লাইনা পীরবনি খমনুনা) লাংলেন ইবেমা লাও । ইমানা নহুনিংখীবু খোম্লাং ইনগে ।

(কৈক্লা খক্তা পল্লগা খোল্লাং ইনবা)

ভাংখ হোংবগী ভালোইনা মপারি চাওদ্রবু কোনবগুম খোল্লাং মাযোক্নদুনা খমনুগী খুজেং পালোইননা মযুম্নাক্তা পুশিল্লক্লগা মশবীমু রেংনা "পারি লাংলেম অনি চীংঙ্ং লাইনা পীনবীরে" হায়্রিনা পাওদমখি । মখোই অনিনা মথরাই হরাওনা থম্বা খমনু যোকখি । চহি কুমল্লা ১ কারবদা খুনগীং তুরৈবু

ঈবৈ চল্লকপদা পলেম পন্থৌ শন্না লাজোনবিন্নিবা মখোই অনি অসি চীংঙু লাইনা শীংথাগ্রে অমম্নুং শীং শৎপা ঙমদবনা খমম্নু শৌন্না তানগ্রে।

নাওকোনবিনবা লৈত্রবদা খুমন মরৈপুং তান্না চৎলগে হাইহুনা মুজা খমম্নুনা মহুনিংথৌ চাওদবা অহু শম্নু নঙ্গন থক্তা পোয়গা খোংকাপ নাহুই তন্নক্লে। মতম অসিদা থাংজিং লৈমনা অহন ওইববী মুপি অমগী মশক লৌয়হুনা মাম্নু খুমন পোইরৈ যৌগদবনি হাইনা খমম্নুবু লমজিংহনা পুবিয়ক্লে। শলাং নিংথৌগী লোযবী চীংমাই যৌবক্লবা মতমদা লমজিংবিয়ক্লিবা মুপি অহু মাংখোকখ্রে। কবুই চীংমাইদা পাম য়াম্নবা হাওশিংনা খমম্নুবু চীংঙু লাই ওইবমাল্লে হাইনা খন্দুনা তিমেন তাদম্নবা শাবাও লা ব ও লাওরক্লে। শলং নিংথৌম্নু কয়ম্বা শন ওইরিগদগে হাইহুনা চেংহোয়রক্লে। মতম অসিদা খমম্নু পোঙ্জেন লাইয়বীমা কপ্পা কপ্পা হাইজরকই—"পন্থৌ মানবা ইপাখোই। ঐবু তিমেন তাদম্বীগনু।" খমম্নুগী মপাওখোন তাবদা শলাং নিংথৌনা হংওযাম পুম্বা থামখি।

শলাং নিংথৌনা চী ঙায মপাও হংলকপদা খমম্নুনা খুমখি—"পন্থৌ ইপা ইবুংঙো। ঐদি নম্নু তাইকং মীনি। পলেম পন্থৌ অনিমক শজিক মতু ইনখ্রে থবা য়াঙ্গেন মমৈ রাইখ্রে। ঐবু পোকপা পন্থৌগী কোলোয়না পুম্নবা চখাওম্বা কৌই পলেমগী কোলোয়না ঙাংখরৈমা য়ুমলেন তোম্পোকপী কৌই। মাহু তাবদা শলাং নিংথৌ তম লাইম্ব ঈমা চেন্নহুনা হাইরকই—

"ইমোম ইবেমা ! ইপানা ঙাইখিদবা ঙাইখদবা হাইবা অহু থোরক্লেদ্রকো।" খম্বা খমনুবু মথাদা কোল্লগা নোংমদেন কোক্লো-থক্তা য়েংখৎতুনা চথাঙম্ববু কৌহুনা কপ্পকই:—পাখৌ ইবুঙো মক্পক্লোই। নপাক্রি লাংলেন অনি লৈহৌববু লাক্লোন্দবা করিগীনো হাইহুনা শল্লাং নিংথৌ ঐবু লংনথোং থিংবিগন্নকো।" অসি হাইহুনা পুরম্বা ঙাংথরৈমা অনিবু কৌর কৌবহুনা খম্বা খমনুগা ল্লোইননা শলা মশাইগোন্দা চলক্লে। মশানৌ ইবেমবু কৌরক্লে—"মুরা ইবেমা নুংশিবী। লোয়বী চীংমাই থক্তা লিক্লা চোইনা তারগদবদা লিক্লাং মাবু থুন্দুনা পুবক্লে। নপাবি লাংলেনগী চেংলৌ য়েংলো লাও। শানৌ নংবু ওক্লো লাওনে। ইমোম্মা পলেম মমা থিরক্লে পাবি ইবুঙো চাওদবনা পম্হৌ মপা থিরক্লে। শানৌ নংনা ইমোমবু কোনশিল্লো লাও পারি লাংলেন অনিবু থাগোক্লরশি।"

মথংলেনগী মপাওথোন তারকপদা শলাং মাইবী চেম্থোরক্লে। মপারি লাংলেন অনিবু মথানুংদা কোল্লগা ঙাংথবৈমা কৌহুনা কপলকই—"থোইনৌ ইতা চান্নবী। তাইবং মাজং পাক্লউেদা খোইথা মিহুন তম্বা ঐম্মু য়াওই হাইখিবদো খোইনৌ নংনা খমনুং শৌন্না তানথ্রবদা নপারি লাংলেন অনিবু ঐঙান্দা শিন্নরম্বোইরে ইতারোই। ঐনা লোয়বী চীংদা তোংবনা পাইমা লৌশিং থেনবী ওইহুনা ইমোমগী মার খোংগুন লিহোদবা পারিগী কাইদোংকম খংঙমদবা লংনথোং থিংবিগন্নকো ইতারোই।" অম্ভুম তৌনা মতা পাওমেনবা লোইরগা মবুং চথাঙম্ববু কৌহুনা

পাওমেনখি। খম্বা খমন্নু অনিবু মপা মক্না পোকচবনি খন্দুনা লাঙ্গোনখি।

শলাং ম্নাইবা ম'ইবী অনিমক্তা খম্বা খমন্নু অনিবু মখোইনা পোকচবা মচা মক্কি খম্বা নাওয়োক্লক্লে। নোংম নোংমগী মপা'ম্নি লাৎলেন অনিগী মুংশি নুঙওন হেল্লকই। অমুম্মা লৈরকপা অসিনা চহি কুমশীৎ অমগা মখাইরোম গুরক্লবদা চীংঙ্ খাংজিৎনা খাৎজিং লৈমা যেহুনা হাইরকইঃ—"শানৌ ইবেমা! নংগা ঐগনা হরাও কুম্মে থোক শ হাইহুনা খম্বা খমন্নু অনিবু থোংলেন মবান য়াইদগী খোৎকাপ নাহুট তমহল্লক্লে। খ'ল্লাম মপুং ফাহনগে নম্ তাইব মীওইবনা নুৎশি মখোই ফাহনগে হাইহুনা মখোইবু শলাৎ নিৎথোগা মপা মচা মশক খৎনহল্লে। মখোইনা শলাৎ মকাখনুৎদা অসুম্মক লৈরবদি শিঙেওম্না মপুৎ ফাঁদবগুম তাওজিৎনা মহৈ যান্দবগুম লৈবা তারে। হুজিক্তি খম্বা খমন্নু অনি অসি পন্থৌ মপাগী মরান যাইদা নৎ ঐ চৎহুনা পুশিল্লসিং মোইরাৎগী কুম্মে হোৎহল্লশি।" অসি হাইহুনা চীংঙ্ খাংজিংগা খাৎজিং লৈমগা চি'ল্লারুনা পাওমেন্নরে।

খম্বা খমন্নু অনিনা চীৎঙ্ খাৎজিৎগী পোইরৈ মতুৎ ইনগ্রেং খাংজিৎ লৈমনা মখোইদা রাখল পীগ্রে। শলাৎ মপুৎ য়াইদগী অহিং তাৎলৌ অথেৎবদা খমন্নুনা মহুনিৎথৌ পুহুনা মোইরাৎদা পন্থৌ মপা ইবুৎঙো পুরেম্বগী মরান যাই তম্না খোৎকাপ নাহুই তম্রকই। শলাৎ নিৎথোনা মার খোঙ্গুল লীহুনা ফাহুনা মচিন্ মৌপরাবু মরান য়াইদা পুশিল্লকই। অসুম তৌবা অসিমাং

২/৪ ময় ওরক্লবদা শলাং নিংথৌনা পাদমহুনা য়েংলক্লে। চীংঙুগী খুদম খোয়ুমগী পাওদাক খংলবদা মানা মশানৌ ইবেমা য়েংহুনা হাইরকই:—"ইবেমা তরাগী চঙন থোংবদা খাবৈ খাগনু ১০গী চাং য়েংগে।" শলা, মাইবী খাবৈ থাখিল্লে। তরাগী চঙন মমাই য়েংলকপদা য়ুংনা কাবা চঙন ১ কৈনা তাবা চঙন ২ অমস্তুং চেপ্পা তাবা চঙন ১ চঙন ৪ অসি উরকপদা থুমন ইবুংঙো নোংয়াই খম্ববু শামু খোংদা যেৎলগদৌর লাঙ্গোই খোংদা পুল্লগদৌরি, ঈঙা, পাক্তক্লগদৌরি ঈমন পাম্ফেম্নবগদৌরি হাইবা অসি শলাং নিংথৌনা খংখ্রে। মতাও পুবেম্ববু কৌহুনা হাইরকই—"পাথৌ ইবুংঙো মকপলোই। নগারি চাওদবা অসি লৈরে পাবি চায়া মুত্রে হাইহুনা শলা, ঐনা নুংঙাইকবদি খুনুগী মখোংদা শম্না লৌবগুম লৈবে। পাথৌ নং ঐ চংহুনা ইচাগী য়াইবী মাংদনবা হোৎনশি। পারিগী যাইবী চেৎনবা মিরেল কাইদনবদি শলা ঐগী ইথৌনি।" অসি হাইহুনা মানা নোংয়াই খম্ববু খুজেং পাসোইম্লনা পুবক্লে। গুম্বন মখোংদা তাবা চেং মচং ৭ খুল্লে। চীংঙু পুম্নমক্না ভিন্নহুনা খম্নুনা খমখ্রবা গুরুনা পাওদাক পীখ্রবা তাইবং মালং পানবদা পেকক হাইনা তেংথানবা পেরুক মনা ৭ লৌরে। তিংথৌ মাপোপ ৭ তিংথৌ মযোল্দা পকপা নোংমদোন কোরৌ থক্তগী খিক থরকপা সুংখিন কংদবা অহিং তাক্তক লাইজ লিক্লা লৌহুনা লিক্লাগী মত্তুংদা মপারি খম্বগী মিরেল চল্লে। চেং মচং ৭না লম্মখাংদা য়াইবী মাংদনবা চেংজেন খমখ্রে। পেরুক্লা য়াইবী

৫ মকপু লৈত্রেন্না পুরা মহুন্দা শিন্নর। মচা, নুরাং খুমন শুরু ওনা কাইদোংবা তাইবং শিংলি ৩ বু পরিং চানা থমগ্রে। মাহু লোইরগা মানা শলাং মাইবী য়েংনা হাইরকই:—“নুরা ইবেমা নুংশিবী! নমোম লাংলেন খমনুবু কৈরা তাংজিন থক্না পমহুনা ১° চঙন ইন্নু। পাবিবুনা শলাং ঐগী কৈরা থক্না পন্নগা ১° চঙন ইনগে।” অসুম্না পাওমন্নহুনা মখোইনা খম্বা খমনু অনিবু ১° চঙন ইনখি।

শলাং মাইবীনা হাইজরকই—“ঙসি কোবৌ নুমিত্তা মাঙ্গনা ইমোম লাংলেনবু ১° চঙন ইন্নু হাইনা তাকপিবা চীংঙুগী করম্বা পাওদাক লৈবগে?”

শলাং নিংথৌনা নাপচিন্না তাক্লকই—“ইবেমা। নং ঐনা পান্নি লৈতবা লৈরে ইমোম লৈতবা লৈরে হাইনা নিংলুবা পুক্নিং অসিদি চীংঙুগী পাওদাক্তদি থাংজিং লৈমনা নাওয়োম ওইহুনা লাঙ্গোল্লি চীংঙু থাংজিংনা খোইরি ওইহুনা পম্বোগী মরানথাই তান্না চিংলি, মমু তাইবংনা লাঙ্গোনগদবা নত্তে চীংঙু থাংজিংনা লাঙ্গোনগদবনি।'

অসি তাবদা শলাং মাইবী তরং লাইজ ঈরা চেনখি। খমনুগী চেংলৌ য়েংলগা খুদাং পির্কম তৈত্তুনা মানা নোংমদোন কোরৌ থক্তা লৈগ্রবা মতা য়োইনাই ঙাংখরৈমবু কৌবহুনা তেংথাখি। শলাং নিংথৌসু মপান্নিবু য়েংলগা নোংমদোন থক্তা লৈগ্রবা চথাওম্ববু কৌরহুনা তেংথাখি। অসুম্না লৈবসিনা খুমন শুকনা চকরাইগ্রবদা মখোই পুম্নমক খোয়েন তুম্থুন হল্লক্লে।

মঙাং গুরুনা চকরাইগদৌরব্রবা মতমদা খমনুনা মচুনিংথৌবু পুদুনা কবুই খুঙং লাম্হৌব্রগে হাইদুনা থোংকাপ নাহুই তম্লক্লে। খাংলৌ লম্খাংদা কল্লকপা থেক্লবা কনানা মপারি লাংলেন অনিবু থোক্তরা হাইদুনা শলাংনা মখুত্তা তিমেন তা পাইদুনা মথোইগী হৈনা মতুং ইল্লকই। শলাং মাইবীসু হৈনা ইল্লকই। লোমবী চীংয়াই য়ৌবকপদা মালেম অতানবগী মঙান লাক্লে, চীংথে ফিদুপ হল্লক্লে। শলাং নিংথৌ চৎপা লেপলে মপারি লাংলেন অনিগী মাইগে থেংনদুনা কপতুনা লৈ। মানা চীংঙু থাংজিংবু থুকমজরকই —"চীংঙু থাংজিং কোইরেল লাই' পারি লাংলেন অনিবু ইথানুংদগী শংতুনা কেগে মোইরাং লৈকোইবুং তাম্না পুথবিয়ু। পম্থৌনা নাওংকোনবা ন ত্ত পলেম্না নাওংথাকপা নত্তে। চীংঙু নতিক চাওবা লাইনি। ননাই ন্মারা অনি অসিবু খাংলৌ লম্খাদা মাহনবিগনু ইবুংঙো। পলেম পম্থৌ শক্লা চীংঙু নংনা কনবিয়ু। (চখাঙম্বদা) পাথৌ মকপলোই। তাইবং মালং পানবদা পাথৌ ননা লৈরবদি নপারি লাংলেনবু নাওংকানগদবনিকো। ইরান থাইদা নাওংকাঞ্জবসু চীংঙুগী নোংদম লৈতকনা য়াজ্রে। পারি লাংলেনবু কাইনগদবগী শরুক পাথৌ নহাক্লা শলাং খুজেং পালোইনদুনা পুখৎপিরগা মকপকা ফমদেংনদুনা ইচাগী কুমৈ থেংনিন্নরসিবা।' শলাং মাইবীসু ঙাংখরৈমা কৌদুনা তেংথাখি। নুমিৎ অদো মথোই অনিমক তরংগী ঈরা কংখিদে, ১০ চঙনা হুকখিদে। চীংঙুবু কৌদুনা পরৈ চেৎনা নিংজদুনা মথোই অনিমক মপারি লাংলেনগী দমক লৈখি।

খম্বা খমনু অনিমক লোয়বী চীংদগী কুমথরক্লে। অঙাং মারাগা ওইবনে অরাংবা চীদগী কুম্নকপগী রাবনে মহুনিংথৌবু যেংলগা মচেম্না হাইরকই”—“হ চমী ইবুংঙো! ননা লোযবী চীং অরাংবদগী কুম্বসি হ চন্থু যেংবা ঙমজ্রে ইচেমগী শমু নঙ্গন থক্তা পোগে।” খম্বনা মচেমগী অরাবা অহু উঙ্কুনা য়াদে। অস্তুম তৌনা ঙাইহাক চৎ ঙাইহাক কমহুনা লাকপদা মহুনিংথৌবু লাইজ ঈথৌ লাংলবিগনি খম্বুনা খমনুনা লাইজ ঈশিং থিবকই। ঙাংথ লৌবাইগী পুথ্রৌদা মানা মহুনিংথৌবু লাইজ ঈশিং ঈপান লাংহল্লি, ঈমু মযোন শৎহল্লি। চীংঙন্না লমজি হুনা পুবক-পনিনা মংথাইনা অবা লৈথৈ তারে হাইহুনা অপনবা লৈতবনা মোইরাংগী ঙাংথ লৌবাই তুংওইনবক্লে থারি লমজাও তারক্লে। অস্তুম্না লাকপনা মখোইনা চীংথুথু তম্পাক যুম উরক্লে লাইখুরম্বী থোংখোং যৌরক্লে চেঙ্গৈ পাৎলেন তাঞ্রে কম্বোং নানা কুম্না পম্বোগী শঙ্গাই চ লক্লে। মতৌ অস্তুম্না খম্বা খমনু মচিন মৌপরানা পম্বোগী মরান যাইদা লৈথি।



মণ্ডাশুবা শন্দুপ।

## মচুনিংথৌ নাম্মোনবা।

সুমিৎ শীংবুম ২/৩ শুরক্লে। তম্না চওন তমনিংঙাইদি লৈতা মচুনিংথৌনদি পুংকক চাওশিল্লক, মাসিদা খমনু পোক্লেন লাইরবীনা লৈকাই কৌশু লংচুনা মচুনি থৌবু নাওকোল্লকই। সুমিৎনা কুইশিল্লক্লবদা লাইর তাবী খমনুদো তবাগী কৌশু লংবদা খুবাক মরোন ৭ চুরক্লে। মতুংদা মানা লৈকাইগী কিশা জংলকই। লৈকাইগী মমা মন্দোনশি অচুনা মপু সনা কৈথেন্দগী নাওথেম কবোক লৈরকই। পলেম্না লাকপা উরকপদা মপারি মমোমশিং অচুনা শাম্নরম্বদগী চবাওনা চেনশিল্লকপদা পলেম মমাশিংনা মচাশিংবু তরাগী কবোক পীজ্জে। নোংয়াই খম্বনদি পলেম মমাদি নত্তবনিনা তবাগী কবোক পীয়ু হাইবদি ওযদা মচেম্বু চিংনা যেংলগা তর লাইজ ঈরা চেল্লকপা, মচেমগী নিক্তিজনা মমাই খুম্নগা লৈবা, মচুনিংথৌগী মতৌ উবদা পলেম পথৌ নিংশিংচুনা মচিন মৌপবা কোম্নচুনা কপর্মিল্লৈ। মচুনিংথৌনা চাওশিল্লক্লবদা লাইর তাবী খমনুদো মোইরাংগী মুমথোং খুদিংদা কি শাবা অসি তোক্লগে, লোয়বী চীংদা কাচুনা পামেন শীংজা চল্লগে হাইনা মপুক্লিংদা খনগ্রে।

নোংয়াই খম্বগু চহি ১৩ রোম শুরক্লে। খমনু লাইরবীনা মচুনিংথৌবু য়েংচুনা হাইরকইঃ—"ইচুনিংথৌ ইবুংঙো। নংনা

মারা ওইহৱিভেদদি ইচেল্লা মায়কনু অমা লৈখৈ তাখেল্লো মুংশি পোংলুম কাদেন্দো ইবুঙো। হৌজিক্কি ইহুন্নিংখৌ নংনম্ভু ইমুক্ত মাক্লা লৈবা এক্ক । মোইরাং থুমজ্লা শিঙ্গংশদবগী শক্লক ইচেম্মা লোয়বী চৌংলা কাহুন্না পামেন শীংজা চল্লখে। ইচেমা পামেন শীংজা চনজিলৈঙে থাজ লৈকাই কোইশনু পস্তোখী লমদম নত্তেক্কো ইবুঙো। কেদোদা শিতং পাতংপনিদ্রো, মোইরাংদা লমজানিদ্রো। ইহুনিংখৌ নংদি নখক্তা নযাম্বা অমা লৈহুনা নংগী মার খোক্লুন লৌবিবিভাই লৈতে। কেগে কল্লক চাওই মোইরাং কল্লক য়ামই। ইচেম্মা লোয়বী চৌংলা চংথ্রিলৈঙেদা লোম্বাই লৈকাই পানশ লানশনুক্কো ইবুঙো। নপাক্ললা চাঙরক্লবা শয়েনা জিংলক্লবা অসিদা ১০গী মথেক্ত লাংবদা নক্লিং থুংলোইশত্রা হাইহুনা ইচেম্মা হাইদো খম্বা। ইচেম্মা লমদম তামনা খোদাকরবস্তু ইহুনি খৌ নংগী চেংজৌ উম্নবদি ইচেমগী অরা পোত্থানশনি। লাইরবা ইচিন ইশবাগী কনা লৈতে হাইবমি খল্লুকো নোয়াই।' অসি হাইহুনা মচেমনা খুদা শিকম তৈহুনা মৌপরাবু পাওমেল্লি। মচেমগী মপাওখোন তাবগা তম্ন লাইজ ঈরা চেন্দুনা "পলেম শকপী ইচেমহল। ইচেমগী নপাওখোনবু মালেম লৈদা তাহঞ্জরোই হাইনা পাওথুমজ্জে।

অস্তুম ত্তৌনা মৌপরাবু পাওমেল্লম্বা খমস্তু পোক্ত্রন লাইরবীনা লোযবী চৌদা কাহুনা পাম্নেন শীংজা চনবা চংলি। হুপিচাদি ওইবনা হুমাংগী ঈরিক কারকপদা শদৌ হোম্লকপদা মানা নোংমন্দোন কোয়ৌ খক্তা য়েংলাগা পন্নেম পন্থৌ কৌহুনা

তেংথারকই —"হা পলেম অপোকপী পন্থৌ অপোকপা। পলেম পন্থৌ অনিনা তাইবং মালং পানবদা লৈখিরবদি নমোয়া লোয়বী চীংদা কাহুনা পামেন শীংজা চনজরোইদবনিকো। পলেম পন্থৌনা শক্তিকী মমৈ রাংখিবা থবাগী যাঙ্গেন মতুং ইনথিবনা নপাম্নি নমোমগী অবাবা উবিদ্রবোইদো। নমোম লাইবক চাওবীদি চৌংতুগী নোংদম লাক্লগনি। ইহুনি থৌ চাওদাদি পলেম পন্থৌ অনিনা ঙাকপি শেন বয়ুকো। থমন্নু লাইবক চাউবীদো লোযবী চীংদা কাহুনা পামেন শীংজা যানবগী অকাবদি থাংবা ঙমই মহুনিংথৌবু লৈকাই পানশং লান্দুনা মমান্নবগা শথেং থৈনরিদ্রা পাম্বোম ঙানরিদ্রা হাইবগী বাখংদি থাম্বী মৈশা কোকপা ঙমদে। মহুনিংথৌগী বাখল্লা শীংবোং পুবদা অরা লৈখৈ তাখিদে অন্না পোথা লাংখিদে। পুরেম্বা শঙ্গাই যাবগা পামেন শীংজা থাবগা মহুনিংথৌ মাযোক্নে। নুমিৎ খুদংগী মানা অয়ুক নদা মাংদা পামেন শীংজা চল্লি। লুবাং শুকনা চকবাইরবা তুংদা মপু সনা খোইরি কৈথেন্দা শীংজা যোল্লি। শীংজাগী মমঙ্গা তরা-মথেল লাংহুনা মহুনিংথৌ চাওদববু পীক্নে।

মচেম লাইরবীনা লোযবী চীংদা কাহুনা শীংজা চনবা অসিনা চহি কুমশীং তংথাই হেক্তিল্লরুবদা মহুনিংথৌনা হাইজরকই: "পলেম শকপী ইচমহল। ইচেমনা লোয়বী চীংদা কাহুনা পামেন শীংজা চনবা চৎপিরগনু। নহুনিংথৌনা নাক্না ওইক্লিংদদি ইচেমনা শমু নঙ্গম থক্তা শপোবিরগা লৈকাই কৌন্ত লংহুনা চৈংকি লংহুনা নহুনিংথৌবু থাকপিরকইদো। হুজিক্কি

নহুনিংথৌগী পাম্বোম চাওরক্লে শয়েং লিংলক্লে। পন্থৌগী শজাই মুংদা ইচেমহন্না কোনবিয়্ন নহুনিংথৌনা লোযবী চীং কাহুনা পামেন শীংজা চক্ক্রংগগবা।"

মহুনিংথৌগী মপাংথোন তাবদা মচেম লাইরবীনা হাইরকই:— "ইচেমগী ইবুংঙো লাইরবা। নোংযাই নংনদি নপাম্বোম চাওরে শযেং লিংলে হাইরি, ইচেম্নদি অঙাং নারা গুইনা উরিদো ইবুংঙো। পলেম পন্থৌ অনিনা নাওকোল্লবদি নোংযাই শেংলনিবা ননিং থুংগদবনিদো। ইচেম্নদি মুপিচাদি ওইবনা থুমন ইবুংঙো নংবু ননিং থুংদবদগী পামেন শীজা চনগে হাইরিবা ইচেমগী ইবুংঙো ননিং থুংদে রাবৌখিগনুকো। চীংঙ্ থাংজিং পরৈ চেৎনা লাইনিউ।" অসি হাইহুনা মহু-নিংথৌগী চেংলৌ যেলগা খুদাং পিকম তৈনা পাওখুমখি।

মতৌ অসুম্না লৈরকপা অসিদা চীংঙ্ থাংজিংনা নোংযাই খম্ববু পুথোক্লগে খয়োম মপুং ফাহল্লগে শিঙেঙন' লৈরাং চুম হল্লগে খল্লক্লে। খম্বনা মচেম্বু খাম্বদা য়াখিদ্রবদা মচেমগী অরাবা অহুদি উকবগা ময়ুম নাক্তা লৈবা ঙম্রকত্রহুনা খরাই থোংজিন রাংমা লাল্লগা মচেম্না লাকদবা মাইগৈদা মচেমগী শীংপোৎ ওক্কে হাইহুনা থোক্লক্লে। খম্বনা নোংম নোংমগী লম হেঞ্জিন্না মচেমগী শীংপোৎ ওক্লক্লে মহুদা মচেম্না হাইরকই:— "ইহুনিংথৌ ইবুংঙো। পন্থৌগী খরাই থোংজিন রাংমা লানগনু। নিপা মচাদি থোংজিন বাংমা লানবদা হুযেনগী লাল্লোংনি। ইচেম্বু ওকনু নোংযাই।" মচেমগী মপাও তাবদা মচেমগী

কোংলোঙ্গ মপাওখোন অত্থুদি কাইহনবা ওমদবনা নোংঙ্গাই মক্ক শুঙ্গা লৈ। মচেম্মা ঙ্গানা পামেন শীংজা চনবা অথূ খনবদা নোংয়াই পম্মোগী শঙ্গাইমুংদা লৈবা ওম্মকত্রে। খরাই খোংগান ঙ্গাংমা লাঙ্গা মানা হেক হেক চখোঙ্গকপদা নোংমদি লোক্তাক মপান্ন য়ৌরক্লে। মোইরাং পাখং মচা পনা লেমলৈ তানি তানজুবা অত্থু উবদা মানা হংলকই — "য়াম্বখোই। পুন্নিবা অত্থুবু কন্নিনো ?"

মোইরাং পাখং — লৈম্নে তানি।

খম্বা—অত্থুদি যাম্বখোই য়েম্বা য়েন্দম্লসি। যাম্বখোইনা ওম্নগা ঐনা ইম্নকলিবা চরৈ তৌবোং অসি লৌবিয়ু ঐনা ওমজবা খোঙ্গগা যাম্বখোইগী তুঙ্গোন্দগী লৈম্নে ০/১ লৌজগে।

মোইরাং পাখং প অসি অশাওবগা লোংনবক্লে। অমনা হাই—"অঙাং নাঙ্গা অসি উশিংতেদা।" অমনা হাই—উশিংতবা তৌরুম্ন অঙাং নাঙ্গানি হাইহুনা। হাইনবা লৈ, খোংবান অপিশক্কা মী লৌই।" কেগে মোইবাং লৈকোইবুং অসিদি ইথুখৌ থাংজিং কোইরেল লাইনা অথোবা অকনবা হেক হেক পী হাই। ইথুখৌনা তোংবা ওইবমহুনা য়াঙ্গা মখোন খোকপা ওইরম্নবদি । নখোই ঐখোইনা খবা তম্বা নত্তে। নাঙ্গা ওইনদি উই হাইববু অঙাং অসি হকইদা।" অসি হাইরগা তম্বা নিপা প অসি মাই ওন্দুনা চৎপদি ইকাইরহুনা নোংয়াই খম্বগা মায়োক্কররক্লে। মখোই পমক অত্থু অমম্মদা ওইনা মুক্কা শাগ্নবদা খম্বনা মখোই খুদিংমক কানুাম উপাক থাইবঙ্গুম

থাইখ্রক্লে। খম্বনা মখোইগী তুঙোন্দগী লেপ্লে ১/১ লোই।
তরেৎশুবা নিপা অহুনা খল্লি:—"মখোই ঙ অসি ভমগ্রবনিনা
ঐখুম্ব ভমগ্রগনি অতুনা তুঙোন্দগী অচৌবা লেমখৈ ঙা অসি
খম্বনা লৌখিদনবা লোৎলগে।" অসি খম্বুন্না মানা খাইদগী
চাওবা ঙা অহু তুঙোন্দগী লৌখোক্লগা ইরোই খোঙ্দুম্না লোয়ানবী
চঙ্গা নানা কুপতুনা থমলে। মোইরাং খম্বগা কোক্লকপদা
খম্বনা মথক খংলগা মানা মথা থংনা তুপ্রে। খম্বনা তুঙোন্দগী
লেমলৈ লৌপ্রে, চবা,না কুপতুনা থম্বিবা অচৌবা অহুং লৌপ্রে।
তম্বা নপা অ দা খনকম খোকখিদে, মপুম্ব নুংঙাইখিদে।
খম্বনা লেপ্লে ৭ অহু পুহুনা ময়ুমদা হল্লকই। পলেম শকপী
মচেম্মা সনা কৈথেন্দগী কুমলক্লবদা মানা লেপ্লে ৭ অহুং মচেমদা
হংলকই —"ইহুনিংথৌ করি লমদগী লেপ্লেনো?"

খম্বা—ইচেমহন। লোক্তাক ময়াদা শাঁমাম্মা লেংমাম্নবা
মোইরাং পাখংশিংগা মুক্না রেন্দম্নবদা চীঙু থাংজিংগী থৌজান্দগী
ঐনা ভমজ্রে মাহুদা মখোই খুদিংনা লেপ্লে ১।১ পীবম্বনি।

খমনু—ইচেম্মা নংবু য়োকপসি ননিং কয়ামুক থুংজহনা
লোক্তাক খোর্বান্দা চৎতুনা লেপ্লে লৌরক্লিবনো ইবুংঙো?
নংনা ঙা লৌরক্লিবা নযাম্বা শকপশিং অহুনা করি খল্লিগদগে?
তরা চঙন চাহুনা লেপ্লে ঙামি তমজক্লবদা নংনা ঙা পুরক্লবদি
মোইরাংনা নোংযাই কল্লকপা হৌরে য়েংথিবা হৌরেদো খম্বা।
ইহুনিংথৌ ইবুংঙো! পাঙ্গল শামা চাওরক্লে হাইহুনা ইচেমনা
কোলোয় ইপাওখোনবু নোংয়াই লৌররোই হাইব্রা?

খম্বা—( পুন্সিং সু৲শিখিবনা তর৲ লাইঙ্জ ঈরা চেন্দুনা ) পলেম শকপী ইচেমহন। ইচেমণী নত্তে৲ ওইগদ্রা হাইদুনা তৌকবনু ইচেমগী কোলোয় নপাও'খান লৌদবোইন। থোক্ল বোইরেকো। ইচেম্মা যাদ্রবদি নডুনিংথৌ 'তৌজররোই ইচেমহন। ইশু৲ লাংগী দমক পলেম শকপী রাররক্লেদকো। ন'নি থৌনা চাওরক্লে হাইদুনা ইচেমগী নত্তেং পা৲বম্বু যা'দ্রদো নো৲যাই ইরাইবক থিদা।

খমনু—ইবু৲ঙো লাইবক থি হাইবা খনগন্নু। মরিংগী য়েম্বানা য়েন্দম্বা ওম্নদুনা যেন্দম্নকপগুম নো৲যাই ন৲না নপা ঙল মপু৲ ফাররুবদা ইচেমগী লমন শি৲লক্কনি। ইদ্রান থৌ নংবু পাঙল মপু৲ ফ৷দ্রি হাইদুনা ইচেম্মা খাম্বনি। পুন্সি৲ সু৲শিগন্নু ইচেমদা।

অসি হাইদুনা খম্বা খমনু অনিমক পম্থোগী শঙ্গাইনু৲দা লৈ। খম্বদি ন্যাবা ওইবনা ১০ চাবগা হিপ্পকমদা চ৲দুনা তুবী লাই'রল শা৲দানবগুম য়াতাখ্রে। খমনু পোঙ্জেন লাইরু-বীদি অহি৲ নো৲শোইবা মডুনি৲থৌগী দমক পলেম পম্থো কৌদুনা তর৲ ঈরা চেনবনা মোলা৲ ত৲খাই চোৎলক্লে। লোক্তাক য়াইদা চাক্তাবী কম্বো৲ নাদা য়াহিপ্পী চেক্লা অমুবী উথুমনা ইসু৲ ঙাল্লে পাওদাক্লক্লে। মযুম মোইবা৲ নাক্তি চেক্লা উথুম্না য়াইকাইনৈ। চৌংখৈ কিদুপ হুল্লক্লে, লাইরেল লাবনা যাওল্লক্লে। ইনুং শোরা তৈরবদা মডুনি৲থৌ চাওদবনু পাওমেল্লম্লগা লাইর ত্তাবী খমন্নু পামেন শী৲জা চনবা চৎখ্রে।

মচেয়া পাম্বেন শীংজা চনবা চৎথিরিবৈ শীংজা অহু পুংঙক্রুগা মপু সনা কৈথেন্দা য়োনথিরিবৈ অসিদা থম্বনা থরাই থোংজিন রাংবা লাম্ফোক্রক্রগা চাওরক শাংলক্রবনিনা মমাম্বাশিংগা তিন্নরকই ! "অহি য়ৌনা চাওখ্রবদা নচেমু কম্বিশী লোয়রবী চীংদা চৎতুনা পাম্বেন শীংজা চনহল্লি" হাইনা মপিজা লেংনা হাইরকপদা থম্বা খুন্কম থংলক্কে। মানা মুংবংননা নৈরিবৈদা মপিজাশিংনা হাইরকই, "মোহ্রয়াং নৈকোইবুং অসিদা চীংখুথু রাংজোন নিংথৌগী মক্কিং চৎলবা কাওরেলবু মন অমা লৈ। নাহাক্না পাম্বেন শীংজা চনবা তম্নবমু মনগী হৈনা মতুং ইন্না কাওরেল অসি শেল্লবদি রাজোন নিংথৌনা চৈয়ে কি, অচা অথক অমম্বুং ৭ কী শেন পীহনা নংবু থমগদবনি।' অসি তাবদা থম্বগী পুক্নিংদা কাওরেল শেনগে থনখি। মুমিৎ অতদি মালেম অণ্ডানবনা খুমন গুরু চকরা ইনগ্রে। ইমুংনা ভাল্লগা কাওরেল শেনগে হাইদুনা নোংয়াই থম্বনা মপুক্নিংদা থন্দুনা লৈখি।

### তরুকশুব পন্থুপ।

## মব শেনবা

খম্বনা মপুক্কিংদা খনখিঃ "লোয়বী চীঙ্গা কাহুনা পামেল শীংজা চনশদবসু ইচেমণী কোংলায মপাওখোন মতুং ইল্লা ম্নাক্রে, অহুনদি লোয়বীসু কাবরোই পাংতসু কুম্লরোই। ইস্নুংনা ঙাম্লগা ম্নাঙ্গোন নিংথৌগী নাক তাম্না চংলগা কাওরেল শেলনুগে।"

ইস্নু শোক্না তৈক্না ঙালে। খমনু ক্লাইরখীনা লোয়বী চীংদগী পামেল শীংজা চত্নরগা সনা খোইরি কৈথেন্দা শীংজা য়োনবা চংগ্রে। মুমিৎ অহুদি খমনুসু অযুক য়েন্দা ঙাইনা শীংজা পাবোং লাংনা কৈথেল কাখি। মতম অসিদা খম্বনা ম্নাঙ্গোন নিংথৌগী শঙ্গাই তম্না খোকাপ নাহুই তম্লক্লে। মানা খঙ্খি "কোপে মোইরাং লৈকোইবুংগী নিংথৌগী মনাও ম্নাঙ্গোন নিংথৌগী শঙ্গাই তম্না চংবদা চেংলৌ ইশক খংবিদবনিনা অঙম্বগী থোংজিন খিংলমমল্লা? চীংউ থাংজিং নংনা নোংদম্বিয়ু।" নবুখৌ খাংজিব খাপোম্লহুনা খম্বনা কিনা কিনা চংলাকপনা খরাই থোংজিন লানশিল্লক্লে শঙ্গাই ঙমাং চংলক্লে খেলোংগী মপা য়োম্লক্লে। মতম অদুদা ম্নাঙ্গোন নিংথৌদি শঙ্গাই মা-

লোন্দা চয়াইগী থক্তা থাহি (কয়ারেঙ) থারগা থক্তা চরৈ কিত্তৌ থাহুনা সনা কক্ষয় লাংদা কয়গা সনা য়োম্বা হিদাকহু তোয়ৈ থবুম শাবদা চিয়ান কাংথৈ খুতুনা লৈরমই। থম্বা থঙ্খিঃ "ঐনা ঙম্রি চৎলক্লিবা অনিবু কয়িগুম্বা সনা মিৎয়েং তারকতুনা অয়াকপা য়াহৈ কংগত্রা ? চৌংঙু নংনা খৌজান-খিবু।" লোয়াই মানা চৎলকপা অজি লোয়বী চীংদা হাওরয় নুংশি মকোনমুংদা হোৌমা লিরেল খুম্তা পাইরকই। মানা ৭।১০ থোক্লা থললুরগা রাক্লোন্ নিংথৌগী মদাইয়েম কনা লৈবগে হাইদুনা মশিং পাংনা ওললদশী ময়াই অরাং পাংনা ওনখৎলক্লে। শঙ্গাইগী অরাং থবা মাইগৈদা চীংঙু খুম্হোক-য়াইনা হৈখোং শোম্বা হৈ চীংংু থোয়ুমগী য়োংজিন খুদিঙ্গা তাওজিং মাগী মনানা তারবা লযু লাঙ্গী লাকোন। তাওজিং হৈরাংনা মখল নাইনা হোৗরিবা অময়ুং শিঙেউন লৈরানো মরক মবক্তা লৈক্তেন্দুনা নিংথিরিবা লমদম মাইগৈ অদোমদা মচা ইবেমা *থোইবীনা ইযোং থক্তা চরৈ শাতুনা লৈবা অহু তুং ও ননা থম্বগী মিৎয়েংদা তাক্লরে। "অমুক্তা মাই অহোক্লরবদি" হাইদুনা চেংলৌ মশক থংনিংদুনা থম্বনা ভাটহুনা লৈখি। মচা ইবেমা থোইবীদি চরৈ ফি শাবদা পুক্লিং চংনা লৈখ্রে।

---

*মযোম লাংলেন ইবেম্মা পোকচবনা তম্পাক য়ুমদা চাওজবনা কোনমু দা শিক্লা লমচৎ থংলবী চাওনা নাওথি শাজবী পাম্হোইবীবী শাযোন লৈত্রেনগী মিয়েল তম্বী মিতৈ পোইরৈ লৈখীক্কা হায়া খোংদাবী মালেমগী মঙাম ও কোংকম্বী লাইনাঙ

থোইবীনা ওইনা হুল্লকপা পাঙনদেম অদো খা পাংনা মাংলেম খক্তা তাহনখ্রে। শোইবা হৌনজ্রবা পাঙনদেমনা মায়েক তৈদা তাথ্রবদা পাঙনদেম খুনগে হাইহুনা থোইবীনা মখা পাংনা হেক লৈরকপদা লোয়াই খম্বগী চেংলৌ শক উরক্লে। (পোই-রৈত্যদা নুংঙাইনবা চীংঙু খাংজিংগা খয়োম লৈপুন হাইক্রব-তনি)। শাযোন ৭ লক্তা লোইনহুনা শাম্বরক্রবা লোংখাই খম্বগী চেংলৌ মশক উরকপদা মচা ইবেমা থোইবী পুক্কিং হ'ঞ্জনবা য়াখিদ্রে মিৎযেং কাইবা য়াখিদ্রে। মিরেল অনি চংখ্রে। মাযোয়হুনা লৈরকপা অসি য়াংলেন পুখাই অঙ্খ-রোম কাজিল্লক্লে। য়াঙ্গোন নিংথৌম্মু অহানবদদি "অঙাং অসিবু ঐগী তম্পাক যুম চংলকপা অসিদা হৈগী হৈকোন লৈগী

---

পাওদাক্কীদমক নাই শীংদা চল্লি। লাইনিংথৌ কাদগী যম্থোং অপানবনা নংনা মিরেল ওইনা চংলৌ' হাইহুনা পাওঁদাকখি। মচা ইবেমা থোইবীনা চহি কুমজা ৩ শুয়কপদা য়াঙ্গোন নিংথৌ মরান যাইদা অঙাংগী মখে লাংবা মতমদা মাম্থু য়াওঁরয়ে। মমা মপা মশক খংদবা ওইনা থোইবীগা হরাঙ্ক মথোই কাহুনা নাবা ওইবগী শাম্বনা লৈ। য়াঙ্গোন নিংথৌম্মু "পঙেন মমা মপানা খিরকত্রা হাইববু খিরকত্রে, য়াংলেন ইচাগী লোইনবী ওইননবা চীংঙু লাইনা পীরক্করোইরে" হাইনা খনখি। অসিনা য়াঙ্গোন নিংথৌদম্মু মানা পাবুং হাইনা কৌখি। থোইবীবু শেল্লে হাইবগী শেনু হাইনা কোলোয় মিঙ্খৎলি।

থৈকোন যেংবদা উথোক্কনা উবনিনা মিৎকম হো.বা যাদহুনা থৈমায়ে" খল্লমই। মমোমগা মাযোক্লরক্লবদা মানা নোংমাই খম্ববু কৌরক্লে — "কেগে মচা কনানো মোইরাং মচা কনানো ?" মনাও ইবুংঙোগী কোলোয মপাও তাবকপদা খম্ব। মশা নিকই। মাহ্ন উবদা রাঙ্গোন নিংথৌনা তাকপিরকই — "অঙা নংবু করিগীনো ? মোইরাং মচা নত্তববা ?'

খম্বা—ননাই ঐদি মোইরাং মচা নচ্চদে।

রাঙ্গোন নিংথৌ—করি লমদগীনো নংদে ? পলেম্না নাও কোল্লা পস্থৌনা লাওযোকত্রা ?

খম্বা—ননাইগী পলেম পস্থৌ অনিদি শজিক মতুং ইনথ্রে খাবা মমৈ রাইথ্রে চেংলৌ শক খজহৌদে। ননাইদি পলেম শকপী ইচেম্না নাওকোল্ল, লমজা মচানি।

রাঙ্গোন নিংথৌ—তম্পাক যুমদা লাকপদি অঙাং করি হাইনিংই ?

খম্বা—সনা নাক্তা চংজরকপদি কাও'রল যন শেঙ্গুগে সনা খুয়াদা নিজগে লাকচবি।

রাঙ্গোন নিংথৌ—অঙাং নংদি কনানা হাইহুনা খংই ?

খম্বা—মনাইনা পিতং পাত্তংপা লাইর অয়েং তাবসি উবদা য়াংবীদা চৎপা মীনা রাঙ্গোন নিংথৌগী কাওরেল শেল্লু চরৈ কি পীবিরকনি ১০ চঙন পুক থনগনি তাকপিরকপজগী মনা শজাইদা চংজরকপনি।

মপু মনাই অসুম্মা ঙা˳নরক্পদা মচা ইবেমা থোইবীদি চরৈ শাবদা পুক্নি˳ চ˳খিল্রে। মনাই শেনুদা যেংহুনা 'শেনু অচানবী। পাবু˳ সনা যাথ˳ করি তাকপিবগে ন˳না খর নক্লা চ শিন্দুনা তারু চৎনু।" লা˳লেন ইবেমদো পুক্নি˳ রানা থল্লক্লে:— "ইপা ইবু˳ঙোগী কাওরেল অসিদি পৌরোন থানা থম্লিবনি। ষন অসিবু ঙম্লবদি কৈ, করিগুম্বা ষম্না ঙম্বা থোকহুনা যাইবী মা˳ঙবদি ।" অসুম হায়বা রাখম্না মানা চীংঙু থাগোম্লম্ম্রে।

রাঙ্গোন নিংথৌ—অহুদি অঙা˳ অরা˳ থংবা অসিদা লৈ বিবা কাওবেল ষঙ্গোন অসিদা পৌরোন থাহুনা থম্লিবা ষম্লি। ষনগী ষনশক যে˳খো। শেনবা ঙমগদবা ৎইরগা পৌরোন শৎলু ঙাম্লাইদৌবা লৈববদি শাবুক ঙাবুক্লি শৎলুগনু।

সনা যাথ˳ ক˳লবদা নো˳যাই খম্বনা কাওবেল ষঙ্গোন তানা চ˳লকই। ষনশক য়ে˳লকপদ্দা কাওরেল অদো শাযোন নত্রবসু থোইনা বা˳না লৈ হায়বা মাগী মপুরিংদা থল্লি। মনাও ইবু˳ঙোম্সু অঙা˳গী মতৌ য়েংনি˳বনা সনা কম্ফম লা˳দগী লে˳খৎলক্লে। "অঙা˳ অসিবু কাওরেল শেনবা ঙমগদ্রা যে˳গে" হায়হুনা সনা মিৎযে˳ তাহুনা লৈখ্রে। নো˳যাই খম্বদি পুক্লিংদা চি˳নখিদে ষনগী পৌরোন শৎলক্লে। শবমদা লৈবা ষম্লিনা লুংঙাইনা চাক্তাগে থন্দুনা শৎলকপা পৌরোনগী মতু˳ ইম্না থুমাং লাম্না মঙক হায়না চো˳থোক্লক্লে। মাসি উবদা রাঙ্গোন নিংথৌনা করি থোক্রপদগে থল্লি। নোংয়াই খম্বনা ষনগী মমৈ

পাইরগা লিচৈ লিতিং হাইরকই। চৈশী চৈমি উবদা কাও যেম্না থোইনা য়াংনা চেল্লক্নে মাহুদা খম্বসু যনগী মমৈ য়াম্দুনা শন্দুং ইল্লি। খম্বনা যনগী পাঙ্গন খংখ্রে, কাওরেল অদু মানা ওম্লনি হাইবা খনখি। মানা যনগী মমৈ য়াম্দুনা চেনবসি মচা ইবেমা থোইবীসু চাইগোই প'ম্ল কাহুনা যেহুনা লৈজখি।

খম্বনা কাওরেল অসি চিংলৈ পন্দোন্দা শেল্ল। থক্তা লৈপ্রব মোইরাং চাওববু অঙাং ওলহল্লবা নিংথানা সনা যাথং পীরবদা চাওবনা লমলেন চীং অসিদা চিংনা যেংলমই হাই হুনা লমদম অসিবু চিংলৈ পন্দোন কৌখি। হাইবিবা যঞ্জেনবু অসিদা মোইরাং নোংবান অথা কোংয়াম্বসু তম্বা নিপা ১১গা লোইননা যন শেন্দুনা লৈবমই। খম্বনা যন শেল্লবা অদু উবদা নোংবান্না হাইবকই৹—“তম্বা নিপাশা। ওস যন শেল্লিবা নিপা অসি কনানো ? যন অসিদি বাঙ্গোন নিংথৌগীনি। নোংবান ঐগী কোলোয ইপাও খানসু লোৌদনা ইথৌ থৌওই-দনা মকম অসিদা যন শেল্লিবা অসি কেগে মচা কনানো মোইরাং মচা কনানো ? তম্বশা নখোই চৎতুনা মাবু কাহুনা পুরকউ।”

তম্বা নিপাশিং অদুনা নোংবানগী মপাওখোন পুহুনা নোংয়াই খম্বগী মনাক্তা চংলক্লগা হাইরকই৹—“কেগে লমথোইবা কনানো মোইরা লমহেনবা কনানো ? কেগে লমদম অসিদা যন শেনবা য়াত্রা ? মাসি অঙৌ পানবগী লমদমনি হাইবা খংত্রা ? যঞ্জেনবু দা কাহুনা লৈরিবা অঙোম নিংথৌ মচা

খুরাই লৈমা মপারি অসিনা নিপা নংবু কাক্ল হাইহনা ঐখোই লাক্লিবনি। চৎসি লাও।

খম্বা—মাগী মনাক্তা ঐ চৎপা য়ারোই। ঐনা শেল্লিবা কাওরেল অসি অচম্বগী কাওরেল নত্তে।

মাসি তাবদা তম্বা নিপা ১১ না খম্ববু নমহনা ফাগে তৌরক্লে। খম্বনা মখোই পূম্নমক চরাংগী য়েম্না কনবগুম কম্লখ্রে। নিপা ১১ অদো নোংবানগী মনাক য়ৌখ্রে।

নোংবান—তম্বশা। কবি হাইরকই?

তম্বশিং—ননাই ঐখোইনা মাবু ফাবদি হাইকনু ঐখোইবু মানা চবাং য়েম্না কনবগুম কল্লকই। মাবু ফাক হাইবা নিপাদো মশা লাকতুনা ফাহল্লো হাইরকই।

নোংবান—নিপা অসে ওসি লালু মকোক থুগাইগে। তম্বশা চৎসি শাও। (খম্বদা) কেগে মচা কনানো মোইরাং মচা কনানো? যঙ্গেনফম অসি ঐগীনি হাইবা খংদত্রা? মপুদা তাক্তুনা ষন শেল্লিবা কবিগীনো?

খম্বা—কবি বানো? লোক্তাক্তা ষন শেনববু লমজাও পাংতা ষন থাববু মপুগী ষনবুং লৈত্রা?

নোংবান—অহুদি মুক্লা শাম্নবা তারে। তম্বা নিপা ১১ অসি নংনা থাবা ওম্নগা নংগা ঐগা শাম্নগদবনি।

তম্বা নিপা ১১ অদো খম্বগা কোম্নরকপদা খম্বনা কান্না উপাক থাইবগুম থাইখ্রে।

নোংবান—হ'য় নিপা। পাঙ্গন লেতবা নিপা ১১ বু নংনা খারে হাইহুনা নখোই কাবা তৌগনু। ঙসি কোয়েী মুমিন্তা ঐগা কোম্নরবদি নং ইকাইবা ফংগনি নমাই লৈদুনা চৎলু।

খম্ব—খাক্লা নোকই। ঐবু নংনা খায়গা হাইগদবা রাহৈবু হাম্নরা মাংজোননা কাযাৎপা। নিপা ঐদি চেম্না শিবা চাংগোক নত্তে।

আস হাইরগা খম্বা নোংবান অনি কোম্নখ্রে' লোং-থ্রৌনা থাবদি থারবোই কযামুক হৈবা নিপানো যেগে হাই-হুনা খম্বনা নোংবানবু খুদোনা পুখৎলকপদা নোংবান অদো নোংমদোন কোয়েী থক্তা চেক্লানা মশা ফন্দুনা পাইবগুমখ্রে। খম্বনা নো বানবু বাংনা পুখৎলগা মালেম লৈদা থাদবকপদা নোংবানগী ইনুংগী শ্বব মপি হাইদোকখ্রে। শ্বব হুম্বগা নোং-বাম্না খল্লি৹ "অঙাং অসিদি অনিরক হন্না কোম্নরবদি তম্বা নিপা ১১ অসিনা নোংবান ঐবু থোওইরবোই। বাহৈদদি ঙাকহৌগে। অসি খন্দুনা হাইরকই—"হায় হায কেখে মচা নংবু নথরাই মাংগনি হাইহুনা নোবান ঐনা য়েংবিবগী নংনা খারে খঞ্জবনি মতুংদা তৌগনু।" অসি হাইরম্নগা মাগী মনবুংদা হনখি। মাসি তাবদা তম্বা নিপা ১১ অদো কোং না নোকপদি ঙমখিদে লোনা লোনা নোক্নখি।

মনাও ইবুংঙো বাঙ্গোন্ নিংথৌম্ব লমদম তাম্না লেংথো-ব্রক্লে। তাম্না সনা মিৎয়েং তারকপদা মখোই ময়াম্না খম্ববু য়োমশিনখিবা অদু উরকপদা খম্বগী খোঙ্গুল লিগে হাইহুনা

খো৲কাপ নাছই তম্রক্লে। খম্বদি মনগী মমৈ য়াম্নুনা চৈ থারকই মরিন তক্কে হাইত্নুনা। খম্ববু মম্না কিক্লে। মনাও ইবুঙো৽। সনা বাখন তৌবিখিঃ "ঐগী মন অসি মোইরাং মচানা শেনবা ঙমত্রত্নুনা পৌষ্লোন থানা থম্লিবনি অম্বু অঙাং অ৲মনা লাইনা তৌখিদা' খম্বনা কাওরেল অম্ব হোইগৎলকত্নুনা মঙ্গোন্দা হোইজিন্দুনা থমখি। নো৲য়াই খম্ববু উবদা তৌখিবা অম্ব উরগা বাঙ্গোন নি৲থৌ সনা পুক্লিং মু৲ঙাইখি, খম্ববু থরাই যাওনা নু শিখি।

রাঙ্গোন নি৲থৌ— অঙাং। চ৲লকউ লাও। কোল্লোয় নমি৲না কার কৌই ?

খম্বা—ননাইগী কোল্লোব ইমি৲দি পলেম শকপী ইচেম্মা অসি কৌই তাকপিদে। ননাইবু ননাই ইচেম্মা অঙা৲ হাইবদগী হেন্নবিদে।

রাঙ্গোন নি৲থৌ—ন৲না লৈবা লমদমদি ?

খম্বা—লমদমগী কোল্লোয় খজদে।

রাঙ্গোন নি৲থৌ—(সনা বাখন তৌবা) লম অতোপ্পদগী লাকত্নুনা শাইদা৲লবোইরে, তৌনি৲ঙাই লৈতরবদগী প চৎ চৎ লকপোইবে। (য়ে৲খুরা৲বীদা) ১০ গী চঙন চয়োম চরৈ কি পীয়ু।

য়েংখুরা৲বীনা ১০ চঙনগী চে৲জেন চরৈ কি পুখোয়কপা অম্বু উবদা মচা ইবেমা থোইবীনা (হায়না শেন্নু থাহনা

য়েংহল্লবনিনা ) চেনশিল্লক্লগা মপা ইবুংঙোদা হঙ্গংচখি—"ইপা ইবুংঙো অপোকপা। ইপা ইবুংঙোগী নদাইরেম মেংইরা, মচাস্থু মান্দে, কেগে লমদম কৈদগীনোম্থু খংদে। নিংথৌগী মনাওগী কাওরেল শেল্লুবদা চরৈ অসি পীবকপনি হাইদুনা উৎপদা মতিক চাল্লবদি পম্থৌগী মিংচৎ মযেং তাগনিদো অপোকপা।

ক্লাঙ্গোন নিংথৌ—চুমই ইচানা হাইবা। লাংঙ্গেন ননিং তৌ।

মচা ইবেমা থোইবীনা মমল হকপা চবৈ ফি মপা ইবুংঙোগী চিন্দম চেং অমস্থু, লেম্লে ঙানচিংবা নুমিৎ শীবুম ১০ নিগী চয়োম মনাই শেনুবু পবৈ চেৎনা যোমহল্লগা পাম্থৌ ইপা ইবুংঙোনা পীবা মনানি ননিং থুদে বারৌগনু। চবৈ অসি শেৎচক, ১ গী মথেল লাংজক।' হাইদুনা নোংযাই খম্বদা পীখি।

খম্বনা খোংকাপ নাহুই তমদুনা লাইব শং তানা লাকপদা থোইবীনা খম্বগী লমদম যেংদুনা লৈহৌই। মচেম লাইরবীনা "ইদুনিংথৌবু কৈদৌবিদগে শযেং থৈনবিদ্রা পাম্বোম ঙানবিদ্রা।" হাইদুনা মদুনিংথৌগী মাইগৈ যেংদুনা লৈরিঙৈদা খম্বা থুংলবে।

খমনু—ইচেমগী ইবুংঙো ইদুনিংথৌ। লাও লাও ইচেমদা। নোংযাই নংনা পুরক্লিবা চরৈ অসি কনাদগীনো? ১০ শী চেংজেন অসিনা কনাদগীনো?

খম্বা—পলেম শকপী ইচেমহন। বাক্ষোন নিংথৌগী ক্বাওরেল শেল্লবদা পীরকপনি ।

খমন্নু—নোংয়াই ন৲দি পলেম পম্থৌগী কোলোয় পল্লম্রা ?

খম্বা—পঞ্জরমদে ।

খমন্নু—লাইরবা হাইবসি তোল্লিদা ইবু৲ঙো। ইচেমগী ইবু৲ঙো মতু৲ তৌগন্নুকো। মন অহুনা চুম্নগী অচম্বা মন ওইরবদি নো৲য়াই নঙোন্দা চরৈ কি ১০ চেংজেন পীবক্নি নিংদে ইচেম্মু। মশক নাইবা মন ওইরমগনি। শাবুক ঙাবুক ওইবনা অঙাওবা মম্নিনা চিরেল অতুম্বা অমি অহুনা থবাক থাই-হুনা ঈঙা৲ পাক্তক্লা ঈমেন পাম্ফেল্লরবদি ইচুনিংথৌ ইবুংঙো নথাম্বা ননাও লৈহুনা ন গী মায় খোঙ্‌গুন লীবিনি হাইনদি ন তুদো। ইচেমা নো৲যাই ন৲গী মায় খোঙ্‌গুন লীরকপদা ঈঙাং পাক্তক্লা ঈমেন পাম্ফেম্মরম্নবদা পলেম পম্থৌ কৌরহুনা তিংথৌগী লাইশম কোইরহুনা লৈন্নু৲গী তীম্না চো৲বগুম ইচেমনা চো৲বদো নো৲য়াই করমনা যে৲গগে ।

"ইচেমহন ! ইচেমম্মা য়াদবা ঐ চৎলরোই ।" হাইহুনা তা৲ঞ্জ মরু লুক্না খুমন ইবুংঙো ময়ুম নাক্তা লৈখি ।

---

## হুবেৎশুবা পন্দুপ।

# নুংশি খোঙ্গুল লীবা।

কাওরেল শেনবা মতমদা মচা ইবেমা থাইবীনা খম্বগী চেংলৌ শকক্ষমাদ উজখ্রে। চীঙুনা যোমখ্রবা খযোমনি খোযুমনা পুনখ্রবা লৈপুম্নি। খম্বনা চংখিবা মাইগৈদি খংলগা মযুম নাক্তি খংদবা অসিদা নুজা মংনা খোইবাংখিবনা পোত্থাকম খংদনা পামু লমদম থিরক্লি নুংশি মাইগৈ থিরক্লি। নোংমগী কোয়ৌ হুমিত্তা থোইবীনা মনাই শেনুগা লোইননা খোংকাপ লাছুই তল্লকপদা মোইরাং খমনু লাইববীনা সনা কৈথেল্লা মপুং কান্দ্রিভৈদো শীংজা মাংদা থানা যোন্দুনা লৈবা অদু উরক্লে। খমনুস্থ অচম্বদি নত্তবা সনা ঈ ওইবনা মাগী চেংলৌ শকক্ষম অদুনা শীংজা মান্দা থানা লৈবা অদুনা থোইবীনা খল্লি— "মত্তিক চাদেদা। কাওরেল শেনবদুগী কুচু কুমেন মাল্লিদা। মচেম অমগা লৈ হাইখি। লাইর অযেং তাবগী মরমদগী পামেন শীংজা য়োনবা তাই।" অসি খন্দুনা মানা খমনুগী নাক তানা চংলক্লগা হাইরকই — "পামেন শীংজা য়োল্লিবী শল্লাং কোইবক্লরিবী! ঙসি কোয়ৌ হুমিত্তা খোইনৌ ইত্তা

হাইনা তেংথাগে খোইনৌ ইতা শান্নসি। খোইনৌ নংবু পলেম শান্সী লৈতব্রা ?

থমনু—ঐদি পলেম পন্থৌনা নাওকোন্দে।

খোইবী—অদুদি নথক্তা নচেম শাৎপ্রা, নখাদা ননাও ফুইব্রা ?

থমনু—ইথক্তসু ইচেম শাৎচন্দ ইখাদসু ইনাও ফুইজদে। ইহুনিংথৌ অমদি লৈজে।

খোইবী—অদুদি ইতা ঐদি ব্রাঙ্গোন নিংথৌগী মমোমনি। ইপন্না নিংথৌ ওইরি। ঙসিদগী ইতা পামেন শীংজা য়োনবা তোক্লো। ইপনগী সনা কৈথেন্দা থোক্লিবা ১০ মথেক্ত লাংবা ওক্লনবা ঐনা পীগনি। ঙসিদগী ইতানা চরৈ শেগাইবা শেৎপা য়াদে, কৈথেন্দা থোক্লিবা অঙবা চরৈনা ইতা নংগী ওইগদবনি। (মতিক চাবা চরৈ লেন্তুনা পীখি।) ইতাগীদি ঐন্না লৈহুনা পীরে। নহুনিংথৌদি কয়া চাওরে।

থমনু—পীক্লি।

খোইবী—(চরৈ অমা লৈহুনা) ইতা চরৈ অসি নহুনিং থৌগী চাগদ্রা ?

থমনু—থর পীকদমাল্লে।

খোইবা—(চরৈ অচৌবা অমা লৈরে। চরৈগী ক্বিবমদা মহুনিংথৌ অভাং নত্রে হাইবা থংলে।) ইতাগী য়ুম থংনিংই ঐসু ইতাগী য়ুমদা চৎকে।

খমনু—( নুংশা থিদুনা ) ঙসি কোরৌ অসিদি তোংবিগনু। লাইরবী ঐগী ল্যাইর শংদা মচা ইবেমনা লেংবদা মতিক চাররোই।

থোইবী—( হুজিক হংবদা খমনুনা তাররোই খন্দুনা ) হয়েংদি ইনুং শোরা তৈনা ঙানবদা ১ চঙন চাবগা লোক্তাক্তা লেপ্লে ঙামি তমলুসি। ইতা হযেং যেন্দা মাংদা ১০ চারগা ঙন্তানা লাকদব ন।

অমুখনা হাইনরগা খমনু লাইর শংদা হনখি। মচা ইবেনা থোইবীসু শঙ্গাই তানা হল্ল'ক্ল মপা ইবুঙো খাঙ্গোন নিংথৌ অমসুং মপাল ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌদা নৈমরোইশিংগা লোইমনা লোক্তাক্তা ঙামি তমগনি হাইনা হঙ্গ-খি। মপু মোইরাং নিংথৌনা "হায়ংদি মোইবাং নিপা অমত্তা লোক্তাক্তা কুম্বা য়াদে, ইমোম লাংলেন থোইবীনা লেমবোইশিংগা লোইননা লোক্তাক্তা লেপ্লে ঙামি তমগনি। হাইনা সনা যাথং লাওথোকহনখি। সনা যাথং অসি লৈকাই লাকপা ওনা লময়াঙদা লাওথোকখি।

ইনুং শোরা তৈনা ঙাপ্লে। ১০ চঙন চাখা লোইবক্তুনা খমনু লাইরবীনা লোক্তাক থোর্বান তানা থোংকাপ মাহুই তয়ব্লে। খমনুগা থোইবীগা শেনুপা হি ১ তঙা তোংই। নৈমরোই শংবু থোইবীনা খা পাংবা মাইপৈদা। ছাগী ঙাখোং লিক হাইনা থাব্রে। থোইবীনা হন্দক লোক্তাক কুম্ভকর্ণসিংকী ঙাখা নৈমা লমদম লুবাং তৌপী তৌখোং কেগে থমং থোং

তোংলকুনা লাইজ খঙ্গা হি হোন্দুনা লাক্লে ।' হি অদুদি খাংদি হোন্দুনা হৈজববিনিবা চীংঙ্গ থাংজিংগী লমজিং মতুংইন্না চংলক্লে । খম্বা, মোৎনা মাবা থোইবীগী তৌগী মরক্তা হি হোলকপগী মচেৎ লাইথবী খমনুনা উরকপদা "মচা ইবেমনা লেইরে তামিং তান্নি হাইবসি খনকুনা ইয়ুনিংথৌ অসি লাক্লে, করিগুম্বা মচা ইবেমনা উপুবদি নপাল ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌদা হুরংতুনা ইয়ুনিংথৌবু অরাবা তাগনব্রা" হাইবগী রাখিবনা মৌপরাবু মথুৎ খৎতোককুনা তাহোল্লকই । নোংমাই খম্বদি মচেম্মা মাবু লাও হাইনা কৌশি-ল্লিমাক্লে খল্লি । মচা ইবেমা থোইবীদি খমনুনা মথুৎ খৎপাদু উই, উনা উনা খংশিন্নদনা লৈ । খম্বনদি চথোকখিত্রবা অতুদা খমনুনা মচা ইবেমা য়েংতুনা হাইজখি ।—

খমনু—মচা ইবেমা । মোইরাংগী নাবা অমবু রাকইরে হি তোংলতুনা শোইমাং তমনা চংলক্লিবসি নপাল ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগী সনা নাকোং য়োরবদি অভাং অসিবু অরা কৈথৈ তারগন্ত্রনে ?

থোইবী—ইভাগা করি থোক্লে ?

খমনু—( অচুম্বা থুমদবা য়াক্রহনা ) ইয়ুনিংথৌনি ।

থোইবী—নহুনিংথৌ অভাং নাবা ওইরি হাইবহুকি নাত্তাকি-নত্তেবনা ।

খমনু—ইভা পাইনা লৌশিং লৈত্রিবা নাত্তানিদা ।

থোইবী—করিনীংনক রাক্লদি ইভা ? ইপম্বা নিংথৌনি,

( অসি হাইহুনা খোংজাও খোংজিন কানশিনখ্রে। শরাই খুংদা কোইনা য়েংখৎকই। পাইখিনখোং কাদা লশিং কাপোম্মা কুমহু উবদা ) ইতা চাম্নবী। মহোং অপানবা কাদা লশিং কাপোম্মা কুম্নবশিবু চীংগু করম্না লাইহৌ শোৎলম করম্বনো ? ( খমনুনা খুৎকম খংখ্রিদৌদা খোইবীনা চংলুক্‌না কাপোন্নু লাংদোক্লে। ) ইচেমগী ইবুংঙো ইচেম লাক্লগা কন্নিগী লোংলিবনো ? মন্না কৈথেম্পগী ইহুনিংথৌগীদমাক্কি হাইহুনা চঙনগী করোক লৈরকইনে ইচেমনা। ( খমহুদা ) ইতা নহানিংথৌবু অপানবা কাদা কন্নিগী লোংলিবনো ? ঐনা পুখিনি হাইহুনা লোংলিত্রা ? ( খমহুগী ইকাই শিক্লোই হাংবহু উবদা ) ইহুনিংথৌ ইচেম চংলগে। ইতা ঐবু খিন্দোকউ। ( মপুক্লিন্দা ) হে চীংগু থাংজিং ! ঐনা নিংবা থুংজরে

অসি হাইহুনা খোইবীনা মনাই শেম্নুগা লোইননা তম্পাক থুম তাম্না খোকাপ নাহুই তমথি। সুখিং অহুদগী হৌনা খোইবীনা খম্বগী মকমদা মথরাই শিন্নখ্রে।

# নিপালগুবা পন্দুপ।

## মঙম্মা নীরোল্লবা।

নোংমগী কোয়ৌ নুমিত্তা খুমনঞ্জ নোংয়াই খম্বনা চয়ৈ ভৌথোং ইল্লহুনা খারি লমজাও থোক্লকই। মোইরাংগী কাংজৈবুদা কাংজৈ শান্নগনি হাইবা পাওনিংখোন তাহুনা মাম্তু কাংজৈ য়েংগে হাইহুনা কাংজৈবু তানা লাক্লে। লাইরবা মচা ওইবনা মানা লৈবাক্কা কুম্মৈ য়েংবা মকমদা চংহুনা য়েংবা ওমথিদে, হন্দোক্লগা য়েংখি। দারি নামোই খম্বনা খুম্বকী পানা মকোক ওইনা অত্নগা কেগে নোংথান অথা কোংথাম্বনা খুনথাগী পানা মকোক ওইনা কাংজৈরোই ৭।৭ কা কাংজৈ শান্নরক্লে। নোংবান্না পনঙাক পঞ্জেন কাওনা শান্নরকপদা খুম্বকী পানা ১না যানবা ওমজ্রে, চয়া য়েন্না কনগুমই। নোংবানগী পাঞ্জন উরকপদা খম্বা কমহুনা লৈবা ওমগ্রে ফুক ফুক হৌগংলকই।

দাবি নামোই খম্বনদি চহি কুমশীং য়াম্বাইনা থোকপা কেগে নোংবান্নদি মপু কারকপা ওইনা উবা অত্নদা মোইরাং মীয়ামদো কুম্মৈ য়েংবদা নুংঙাইরমদে। হুজিক নোংযাই খম্বনা অমুক হৌগং অমুক কম তৌবা অসি উবদা মথোইনা খল্লিং "অঙাং অসিবু কান্ন লমদগী ওইরিগবা। পনঙাক পঞ্জেন কাওরিবা নোংবান অসিগা পানরবদি মতিক চাইদা।" অম্মুম্না খন্নহুনা মীয়াম্না দারি নামোই খম্বদা হায়রকই।— "মীয়ামগী হৈনা

তুংওইমনা লৈরিবা মরাই লুক্না লৈরিবা অঙাং অসিগা নোংবানগা পানররবদি খুম্বক পানানা চহি কুমজা ৭ খা থংদনা লাক্লিবা অসি মথক থংগত্রা নিংইদা।"

মাসি তাবদা দারি নামোই খম্বনা তম্বা নিপা ২গা চংলক্কুনা হাইরকই —

দারি— ইবু ঙো। নংবু কদাইদা লৈবগে? ঙসি কোয়ৌ মুমিত্তা নংগী লৈকম তাকউ।

খম্বা – ঐদি মোইরাংদা লৈবা মচানি লম্লেন চেক্লৈদা তাবনি।

দারি— অদুদি ইবুংঙো কুম্মৈ য়েংলিবা মীযাম্না নংবু শাবান কৈ নোংবানগা পানরবদি কুম্মৈ য়েংবা নুংঙাইগনি হাইরে। ঐদি খুম্বকী পানা মকোক্লি। লৈবাকী মপাওখোন তাবদগী নংবু কাংজৈ যাও হাইগে লাক্লিবনি।

খম্বা— ঐদি মোইরাংদা পিত্তৎ পাতৎপা মচানি, লাইর অযে তাবনিনা লৈবাক মমাংদা থোকপদা মতিক চারোই।

দারি— চয়ৈ কত্তবা ঐনা পীগনি।

অসি হাইদুনা দারি নামোই খম্বনা মাগী চয়ৈ অহনবা মখুৎতা পাইবা লৌচৈ তুঙ্গোন নোংয়াই খম্বদা পীরে। খম্বা চয়ৈ হোংলে কাংজৈ থুৎতা পাইরে নোংবানগা পানরক্লে। ঙসাই মখৈ নো বান্না খুম্বকী পানাবু চরাং য়েন্না কনবগুম কন্নম্বদো চীংঙু থাংজিংগী নোংদম্না খম্বগী মাংদা লেপ্পা য়ারক্লে। কান-রকই খম্বনা হেল্লি কাক্রম তারৈ খম্বনা হেল্লি, য়ৈরকপা

থুংলৈয়ে খম্বনা হেক্লি। খম্বনা পনঙাক পঙ্গেন ফাওরে থুনখাগী পানাবু চরাংগী য়েন্না কনবগুম কল্লক্নে। মাহ্ন উবদা থুহ্রক পানানা লাওনরক্নে।— "অঙাং অম্বিবু ইবুধৌ থাংজনা পীরা? কুমজা ৭ লৈখা তাম্নববু কুমশিগী কুমজা অসিদি লৈখাদগী চিংখৎলে।"

অসুম্না মীয়াম্না ঙাংনরিবৈদা কোন্নু লৈচু লাক্তুনা মোইরাং চাওবা নোংখোম্বনা মপু সনা থৌগনগী কংলা কাখৎলকপদা কেগে কা জৈ শাম্নরিবদো যেংলকই। শকা চুগা শাবাদগা মাইরাং থুনখাগী কাংজৈরোইবু চরাংগী য়েন্না কনবগুম কল্লিবা নোংযাই খম্ববু উবদা চাওবনা হাইরকই — "মুত্রাম। কেগে মচা কনানো মোইরা মচা কনানো পনঙাক পঙ্গেন ফাওবিবা নিপাসে। শকও শক্তা মশক অসি উবদা চাওবা ঐবু তুজুংইদা। কংলা কাবদি লাইবু লাইরি কাংজৈগী কুম্মৈ যেংখিগে।" অসি হাইদুনা চাওবনা কাংজৈ যেংই। নোংবান অথা কোংযাম্বনা কাংজৈদা যানবা য়াজ্রদুনা ফানবদা অানমক মুরা লো থ্রো চম্নরক্নে। নোংবান্না চল্লকপদা থুনখাগী মথৈনা নোংবান্না ঙমগদবাই নিংদুনা হরাওনৈ। খম্বনা মাগী চল্লম্বা লোংথ্রোদু হন্দুনা থুদোংনা পুখৎলকপদা নোংবান অদো কাদবা যাদদুনা কাথ্রে। কাবা লোইববদা খম্বনা নোংবানবু মালেম কৈদা থাদরকপদা কানুাম উপাক খাইগুমই। মাহ্ন উবদা থুহ্রক হরাওথ্রে থুনখা মরাই লুকথ্রে। থুনখানা হাইরকই।— "নোংবান্না কুমজা ৭ থোইরকপনি। কুমশিগী কুমজাসিদি থুহ্রকপু থোইহনবস্ন য়াই।" মাহ্ন তাবদা থুম্রকা হাইরকই। "থুনখা নখোইনা পীবা নত্তে। দারিনা অহল

ওইবকপগা লাম্বা চাদবদগী খুনখা নখোইনা থোইবকপনি। শামাম্নবগা শাথে নরকপদ দি খুনখা নখোইবু ঐখোইনা ঙমলে।" অমুম্না ঙানবিঙৈদা খাবি লমজাওদা লৈবিবা চাওবা নোংথোম্বনা মদাইবেম থাদুনা কাজৈবু দগী খুমন নোংযাই খম্ববু কৌবক্লে। অঙম্বা মপাওখোন তাবদা খম্বদো অশাবা বাহৈ তাগত্রা নিংই।

চাওবা— কে গ মচা কনানো মোইবা, মচা কনানো নংবা? লমদম কৈদা লেবগে? পলেম পথৌগী কোলোযনা কবি কৌবগে?

খম্বা— (খুবাম চা জৌ ১০ লোম্নদুনা) ননাইদি চেঙ্গৈ পাংলন্দা লেজবান। পলেম পাহৌনী কোলোয খজদে। লৈবাক ঙম্বা অংাা। ননাইদ ইচেম লাইরু অযেং তাবীনা নাওবোনবা মচাান।

চাওবা— (তাবদা পুক্নি থুকই।) অঙা ন বু যোকপা নচেম্না কোলোয কাব কৌই? নংগী নামংনা কব্নিনো?

খম্বা— কেগ অঙম্বা মোইবা, অঙম্বা। ননাইবু নাও কোনবীবা ইচেমদি খুমন চনু লাইববী খমনু কৌই। ননাইঙ্গী ইামংনা খম্বা হাইনা কৌই।

চাওবা— (মমি তাবদা যাথ মেংনা তাক্লকই) পলেম পন্থৌ অনিনা নাবা ওইনা কাইনববস্থু ন চম্না কোলোয তাকইনি নচেম্না তাকত্রবস্থু লৈকাইগী যাম্না খোনফমদগী খংইনি পলেম পন্থৌগী কোলোয হাইযুগবা।

খম্বা— ( চাওববু যে‌ৼলগা ) লৈকাইগী পাওনিনখোম্বা তাদবা নত্তে তাইজেয়ে। পলেম পম্বোগী কোল্লোয় হৗইবা নাক্না ইতিক নত্তবনা অঙম্বা নরান যাইদা নিজবনি।

চাওবা— অঙাৼ নৼগী চেৼলৌ উবদা মতম কুইনা নোংঙ্কা থ্রবা শক্তিক মতুৼ ইনথ্রবা চান্নবা মকুপলোইবু নিৼশি লকই। শেম্বা উকু হুগুম্বা পম্বোগী কোলোয তান্নবদি চাবগী লৈখোৼ খিরগা শিংচেঙল মপুৼ ফাহনগে। কোল্লোয় মমিং হাইয়ু অযোনবা লৈরোই।

খম্বা মালেম থক্তা খুকখুদক কুপ্লে, খুবাৼ চা জৌ ১ মছু কাইনা ১০০০ লোন্নরে। মানা নো মদোন কোবৌ থক য়েৼলগা "পম্বোগী কোলোয মিংলেন পল্লি হাইদুনা নপারি চাওদযবু লৎনখো খিৼবিগনু, পলেমগী কোলোয পল্লি হাইদুনা লৎনখোৼ খিৼবিগনু।' হাইদুনা পলেম পম্বোগী মিং পল্লমদাইদা তরৼ লাইজ ঈরা চেনবদু উবগা চাওবা খাৼবা য়াবকত্রে। মাসিদি অচম্বা মচা ওইবম্মবোই মকুপ মচা ওইবম্মান খল্লুবদা মোইবাৼ চাওবা অঙম্বা তরৼ লাইজ ঈবা চেন্নক্লে।

খম্বা— অঙম্বা! ঐবু পোকপা পম্বোদি চখা ঙম্বা পুরেম্বা কৌই, পলেম্মা ঙাৼখরৈমা যুম্লেন তোম্পোকপী কৌই। চাওবা— ( পুরেম্বা ঙাৼখরৈমা অনি!! মি তাবকপদা চাওবা লাঙ্গোই শগোল থক্তগী চোৼথখ্রে। খম্ববু থাদা কোল্লগা নোৼমদোন কোরৌ থক য়েৼখৎতুনা )— পাখৌ মরুপলোই! নিৼখৌনা ঙাইখৼদে শামুনা ঙাইথিদে। নপারি লাৼলেন অনিবু চাওবা ইখুৎ পাইদুনা শিন্নবম্বা নপাওখোনবু মালেম লৈদা তাহল্লি

হাইহুনা পাথৌ লৎনথা, থি বিগনু। ইচন ইবেম্মা। ইবুবু লৎনখো থি বিগনুকো। (খম্বদা) খম্বা। কেগে মোইরাং লৈকোইবু দা ইকুনা নোংথোম্বা ওইরি, পুখ্রম্বা ওইরি। উসি কোবৌ নুমিত্তা মপু সনা খুয়া খাদা ইকুনা শিঙেঙল লৈবাং কৎপগুম নোংযাই নবু কৃৎবেকো। (নোংযাই মশা শিং শিং নাম্না তরু লাইজ ঈবা চেন্না চাওবা মপাও পীরকই।)

খম্বা— ননাইদি লাইরবা মচানিনা মপু সনা খুয়া খাদা ননাইবু পুবিবদা মতিক চারোইদৌবোইনা।

চাওবা— করিগী চিংনরি। নবু পোকপা পম্বৌ চখা উম্বনা মোইবা, লৈবাকপু ঙাক্লমই। মপুনা তাংনা খৌরাঙনা ঙাইবম্নগান। ইকু মা থাগে নোংযাই তু ইল্লু। নত্তে নোংয়াই মতিক চাদে। ইকুগী মা থাও ইকুনা হৈনা তু ইনগে।

মোইবা চাওবা নোংথোম্বনা চরৈ অহনবা পীবিদ্র খম্ববু মমাং থানা খারি লমজাওদা পুখৎলক্লে। মপু মোইরাং নিংথৌসু কংজা বাযেন শংদা লে পোল্লমজ্রি। নিংথৌনা সনা যাইকোনবুদা সনা যোম্বা হিদাকফু তোঙৈজে থবুম শাবনা 'চম্বান কামৈ খুরিঙৈদা চাওবনা নো যাই খম্ববু শমু মা থানা যাইকোনবুদা চংলকই।

নিংথৌ— ইপু নোংথোন।

চাওবা— লৈকোই মপু।

নিংথৌ— পুখ্রম্বা।

চাওবা— পুরিৎ লাই।

নিংথৌ— ইপু। লাকখো লাও চংশকউ (খুংলাম তোইনা কৌবিবমই।) লৈকাইবু অসিদা অঙম্বা ননি থুদবা কবি লৈবংগ নপাও তম্লোলাও।

চাওবা— (নোংযাই খম্বদা মিৎকী মিৎলৈ পীবকই। খুরু খুদব যংশা লৈমাই তানা খুবা, চাজো লোম্লহুনা।) ঐবু লোইবা লেনি থৌ। যোল্লবা কাদা কনবিয় খুদা খাগী ননাইনি। মপুগী সনা ঙাঙ্গাইগী সনবিক পবে, লিক্লা, কোঙ্গাই না হ্রাক তুনা মালেম লৈদা তৎতুনা তাখিবা মতম কুইনা যংখিদ্রবা লিক্লাবু ঙসি কোবো নুমত্তা ননাইনা কংলা বাযেন শংদা মপুগী সনা থৌনশ কাজরকপদা কা জৈবুংনী লমথাইদা চোইনা তাবম্লনে ইনি থৌ। ননাইনা খুঞ্জবক্লে পবে, লেংবিবোনে ইনি থৌ।

নিংথৌ— নুংঙাইদা ইপু নোংথান। কো ঙ্গাই হ্রাক তুনা মালেম থক্তা তাখিবা লিক্লাদো লিকী হৌফম পীযু ইপু।

চাওবা— ঐবু লোইবা লেমাবা মপু ইবু, ঙাগী সনা থৌগল তৌজবম্বা নদাই বম চখাঙম্বগী শিংঙেল লেপাল চাবা মুৎলশদ্রে। নংবদি মুৎলমদ্রে, ননাইনা হুল্লবা চারানিনে লেংকাই মপু।

নিংথৌ— (সনা মিৎযে, তাই। নোংযাই খম্বগী চেংশৌ উবক দা তর, লাইজ ঈরা চেল্লি।) ইদাইবেম পুরেম্বা নাহাক্লা খমনু শৌবা তানখিবদি নপারি অসিনা পামেন উকু হুখবগুম হুংগোর লফুনী তুঙ্গা খোকপগুম খোকহৌরে। পুরেম্বা বারোগ-নুংকা। নিংথৌনা ঙাইখংদে শামুনা ঙাইথিদে হাইবদু থোক্লে।

( খম্বৰু চিংনা চিংনা যেংলগা তর, লাইজ ঈশ্বা চেল্লুনা সনা খুৎনা খুমন মনঙ্গন্দা নানবিরক্লে। ) নপা ইদাইরেমগী হাক্কা শেম্বা লোইখিদে নাহাক থক্তা শেম্নগে। প্যারি হাইনা তেংথাগে হাইবৰু মোইরাংনা চিংনবগনি তযুম কৌগেকো অচানবা। ইপু নোংথোন কংলা বাযেন শংদা থোক্লসি। তুয়মদি শানৌ বাঙ্গোন নি থৌগী পানান।

মদাইবেম খম্বৰু নিংথৌনা ক লা রাযেন শংদা পুথোরক্লে। মোইবাংগী অঙম্বশিং কারম্লে। থোংলেন্দ্দি য়াওখিদে। বাঙ্গোন নিংথৌ ফম্ফম লাংদা লেংশিল্লম্লে। নিংথৌনা লেংথোক্লকপদা অঙম্বা পুম্নমক মকোক নোনবা মাম্লে। বাঙ্গোন নিংথৌ ময়ামবু, সনা মাংদা তাংজ মক লুক্না থোগল তৌই।

নি থৌ— শানৌ বাঙ্গান নি থৌ। মোইবাংগী অঙম্বা পুম্নমক। ঙসি ইদাইবেম চখাঙম্বগী মপারি ইদাইবেম অসি কংলা উত্রা শংলাংমৈদা নিংথৌ ঐনা পুথোক্লক্লি। শানৌগী খুন্থক পানানা চহি কুমজা ৭ লেংখা তারক্লে। ঙসি শানৌগী পানা মকোক ওইনা ইদাইরেম অসিবু নি থৌ ঐনা পীরবনি।

বাঙ্গোন নিংথৌনা মযামবুংগী সনা যাথ বু চরৈ ফিগাও শানা যাজখি, মদাইবেমবু শিৎ শিৎ নানবিখি।

নিংথৌ - ইপু নোংথোন।

চাওবা— লৈকোই মপু।

নিংথৌ— পুথম্বা।

চাওবা— পুরিৎলাই।

নি৲থৌ— ইপু। ইদাইরেম খম্ববু খুন্থক পানাগী লেবোই হুক্কবা হাপ্লগে।

চাওবা— মপু সনা নো৲দম্বিগনি ইনি৲থৌ।

খম্বা— মপু সনা যাথ ফজবদা মপু ইবু৲ঙা মোইরা৲ নি৲থৌগী সনা যাথ৲ ঙাইজখি।

নি৲থৌ— ( খম্বদা ) তযুম অচানবা মযুম নাক্তা কুমজরো।

নো৲যাই খম্বনা মপু সনা যাথ৲ ফ৲জবদা মা৲লেম থক্তা কো যা৲ চৈস্থ তাবগুম তাবম্লগা মযুম নাক্তা কুমখি। অঙম্বা পূম্নমকস্থ মযুম নাক্তা কুমখি।

বাঙ্গোন নি৲থৌ ক৲লাদা ফমনি ল৲ক্তু, মযামবু সন থোগল্ল তৌবম্লগা অঙম্বগী লে৲দা পাওদাব্রম্লগা তম্পাক যুমদা থুনা য়া৲না লে৲থবক্লে। দাবি লেমাই কা৲খৎ৲ত্রগৈদা মনাও ইবেমা ৯ অমস্থু৲ মমোম লা৲লেন কৌ৲থাক্লগা সনা যাথ৲ তাক্লকই — ‘কুমজা ৭ শক যামবু৲ ইবু৲ঙোগী পানানা কা৲জৈদা লমজেন্দা মুন্নাদা অমস্থু৲ মা৲জো৲দা থোইবক্লে। কুম শদি চী৲ঙ থা৲জিগী নো৲দম্না যু৲বঞ্জনগী চাগোান্ন চেঙ্গৈ পাৎলেন্দা তাবনি চখা ঙম্বগী মপান্নিনি মা৲না খম্বা কৌই হাইরা৲গী পানাগী মকোক ওইরে। মোইবা চাওবা অঙম্বনা ক৲লাদা কা৲খৎলকপদা কা৲জৈবু৲দা নো৲বানবু চরা৲ য়েম্না কনবগুম কল্লমই হাইবে। যামবু৲না মদাইবেমবু খুজে৲ পালোইনহুনা ক৲শা বাযেনশ৲ মযাইদা অঙম্বা লে৲না তিল্লবদা ঐগী পানা মকোক্নি হাইদুনা সনা য়াথ৲ তাকপিরকই। লা৲লেন ইবেমা! ইপানা য়ামবু৲গী সনা

য়াথংবু চরৈ ফিগাও শাবাক্লে। অঙাংদো ফজৈদা মরেপনে মঙাম্লে শকনে চুনে কুচ্নে কুমেম্লে।"

থোইবীনা খোইকুম মোমোন তৌজে। মমা ৯ উখিনি হাইদুনা শেনুদা মিৎলৌ থাদুনা মপা ইবুঙোগী অবাংথবা খুম্হাক যাইনা হৈখো শেংবা মফমদা থোকখ্রগা হাইরকই— "শেনু অচানবী। ইবুধৌ থাজিং কোইবল লাইনা শেম্বা শিংচডন লৈবা লৈপুন ওইবে। চীংঙুনা যোম্বা খযোম ওইবমাল্লে অচানবী। কেগ লাইও থাংজিং লাই মেইবাং লাইও চীংঙু অথোইবা। কুমজা কুমজা খুদিংদা খামেন চৎপা থিবাল ৪।৪ কৎচগে নশুবা নিংবা থুজনবিযু ইবুধৌ।'

সেমদা খুমন্না লাইবশ লৌদ্রিবৈদা বাখন্না বাবনী মচেম্না "ইদুাংখোবু কাব লমদম তান্না থাঙ্গ লেকাই কোইথ্রবা হাইদুনা পাগোগী অবাং থবা উখোকতেন কোন্দুনা চাঙু থাংজবু খুকুমজবকই— "চীংঙু থাংজিং কোইবল লাই। পম্ভৌনা লাঙ্গান্দবা মচানি পালেম্না নাওযাক্তবা মচানি চীংঙু নংনা পালেম পম্হৌ শিন্দুনা ননাইবু থাদা কোনবিযু ননাইনী কল্লক হেকবা লেবা পূন্নমক ডাকাপযু।' পাঙ্গল লৈত্রবী মচেম্না চীংঙু থাংজি পবৈ চেৎনা নিংজবঙৈ মতম অসিদা খম্বনা পম্হৌনী হোজং লানশিল্লক্তুনা মথোবুং যোবক্লে। চেংলৌ মশক উবদা লাইববী মচেম্না হাইবকই —

খমন্ন— ইদুনিংথৌ চংলকউ লাও। নোংযাই করি লম দমদা খোদাক্লবগে ইচেমদা পাওদম্মুগবা।

খম্বা— ইচেমহন। ঙসি কোরৌ নুমিৎতি নত্রনি থৌনা থারি লমজাও থোকখিবদা মপুগী কা কৈজেবুদা কাকৈজে শান্নরমহৈনে। নহুনি থৌস্থু কাকৈজে যেনি হুনা যেংলুরে। খুনখানা চবা য়েম্না কনবগুম খুন্থকপু লাকচরবদা খুন্থক পানাগী মকোক দাম্বি নামোই খম্বনা চংলক্কনা কা কৈজে যাও হাইবরে মাহুদা পলেম শকপী ইচেম্বু কিবদগী নহুনিংথৌনা ঙাইহাক পুঙ্গোই খাকৈজে ইচেমহন। লৈবাক্কী মপাও খান্না কনখিবনা চবৈ পীবক্লবদা যাদবা ঙমদহুনা কাকৈজে যাওকবা, নোংবানগা যেম্বা য়েন্দম্নখ্রে। মোইবাংগী অঙম্বনি হাইযে নোংথাম্বা ওই হাইযে ঐবু কাকৈজেবুদগী কৌথোক্লে। অঙম্বগী মপাও কিহুনা ঐস্থু থোকই। পলেম পন্থৌগী কোলোয হংই ঐনা তাংক্তে। ইচেমগী ঐগী মিং পল্লকপদা অঙম্বদো তরং লাইজ ঈবা চেল্লি। মবিংগী যাঙ্গেন শুমজিৎনা মালেম লৈদা তক্লা শিংপগুম অঙম্বা অহুনা তক্লা তক্লা হংলক্লবদা তাক্তবা যাদহুনা পলেম পন্থৌগী মি পল্লম্লে। মাহু তাবদা অঙম্বদো তরং লাইজ ঈবা চেন্দুনা কোংবৌ থক্তা যেংখৎলগা পলেম পন্থৌবু কৌরহুনা তেংথাইদো ইচেমহন। নহুনিংথৌবু মমাং থানা সনা যাইকোন তান্না পুবি। ইমাম্বি হাইবা অহুদা ঐস্থু অঙম্বা অহুদা ইমান হাইনা কৌজে। মপু মোইরা নিংথৌনা সনা খুৎনা ঐবু নানবি। নিথৌনা পন্থৌবু কৌহুনা কপক্ত। মতুংদা নিংথৌনা কংলা বাযেনশংদা লেংথোক্লগা মোইরাং অঙম্ব শিংগী মমাংদা বাঙ্গোন নিংথৌদা "শানৌগী পানা মকোকনি" হাইনা শিন্নবি। বাঙ্গোন নিংথৌনা ঐগী ঙকশম লুবাং কোল্লগা সনা খুৎনা নানবি। মপু ইবুংঙোনা ঐবু ক্লেগে লৈম্নোই হঞ্জবা হাপ্পিরক্লে।

খম্ন — হা ইহুনিংথৌ। ইটেমদি রাইদা। মপুগী য়াই-কোননুং যৌরবোইদো ইপরাদি। মপু সনা থৌগল্লোন হাইবসিদি পম্বোনা নাওযোকতুনা পলেম্না নাওকোন্দুনা থৌগল্লোন তাক পমকম্নু মপুগী খাম্বী মৈশানা কনবনা খাংবা ঙমদ্রিবনি। সনা থৌগল্লোনবু নোংম্বাই কনানা তাকপিগবনোনে ইবুংঙো। (মথম্বা শঙ্খবা) ইপা ইবুংঙো পম্বৌ অপোকপনা তাইব, মাল্দা লৈববদি মপারিগী কুম্মে যেৎবা য়ারবনিদো। লাইরবী ঐনা ইহুনি থৌবু করম্না শেম্নহুনা লৈগবা।

মতৌ অম্নুম্না মচিন মৌপবানা চিঙ্গোই পাওমেম্নহুনা লৈ। নুমিদাংবাইগী মতম ওইরক্লে। নুমিৎনা চীংযা থা লকপা চীংযানা খেলৈ লাংলকপা অঙাংবা চীংলাই শাবকপা অঙৌবা তেঙ্গা চল্লকপা অমম্নুং অমুবনা পান্দম্নকপা মতমদা শিঙেঙক লৈকোন্দগী লৈবাং ফজবা তাওজিং হৈকোন্দগী হৈরাং ফজবা হেক্লগা মচা ইবেমা থোইবীনা মনাই শেনুগা লোইননা লাইর শ দা চেম্নরক্লে। লাইরশং চংলকপদা থোইবীনা পুরেম্বা শঙ্গাই থুকমই, লাইরশং মকোক কৎলি। খমনুবু যেলগা মানা "ইনেম শকপী ইনমা! নচম্না খোইনৌ ইতা হাইনা কৌবদি নহুনিংথৌগী মাব খোঙ্গুন লিরকপনি। নুপিচাদি ওইবীনা ইনমদা যোনবা পুম্বা ঙাকপিযু। ঙাসদগী হৌরহুনা নুমিৎনা থানা খংহৌরসনু খুমন পুংদা তিনজগে নোংয়াই মংদা তিনজগে' হাইনা খমনুগী খোংবী পাইহুনা থুকমজে। খম্বদা য়েংহুনা "পম্বোগী কাওরেল শেনবা মতমদা ননাওগী য়াইবী থরাই ৫ সে পামু নরান য়াইদা তিনগ্রবনি। মাঙ্গগী খোঙ্গুন লিজরকপদা যম্বোং অপানবগী কাদা পামু নাক্কা

চিংশিনবিয়্ম ন্নুংশি নাক্তা থুংহনবিয়ু হাইনা নিজরম্রে। মাঙ্গী নয়ান য়াইদা ননাওনা য়োনবা পুম্নমক ঙাকপিয়্ম লৎনথোং থিংবিগনু। হাইনা পরৈ চেৎনা থাগোম্নহনা নোংথাইগী খোংবী পাইহনা নিঙোনগী য়াইবী শিন্নখি।

খম্বা— ম্নুরা ইবেমা ন্নুংশিবী। নংনা হক ওইযুকো ঐনা থবাই ওইগেকো। ঐনা হক ওইরগা নংনা থবাই ওইয়ুকো।

রারম অস্নুম্না ঙাংনবম্নগা মতম ওইরহনা মথ লেনবু খুকয়্নগা মনমবু খুকম্নগা মচা ইবেমা থোইবীদো পন্থোগী তম্প্যাক য়ুম তাম্না খোংকাপ নাহুই তমখি।



মাপনগুবা পন্দুপ।

## চীংগী পাওদাক ইন্না লৈবাং থিবা।

চীংঙ্গু থাংজিং হরাওবা মতম ওইরবনিনা অঙম্বা পুন্নমল্লং তিল্লবা কলা বাযেনশং মযাইদা মপু মোইরাং নিংথৌনা খম্বা নোংবান অনিদা শিংঙেঙল লৈ লাংনবা সনা যাথং পীখ্রে। ইনুং শোবা তৈনা ঙাল্লগা মখাই অনিমক লৈ থিবা চংনবা মাগী মাগী থোরাং লোইখ্রে। অঙৌ পানবা মচাগীদি মমা খুরাই লৈমনা চযোম শেমহুনা হাপখ্রে। খম্বগীসু মচা ইবেমা থোইবীনা চযোম পুরক্নুনা পীরম্রে। মখোই অনিমক লৈ থিবা থোরকপদা লাইখুবেম্বীগী মনিংদা উনরে।

নোংবান— ইতাওবো।

খম্বা— পাথৌ মকুপলোই।

নোংবান— শিংঙেঙল লৈরাং থিবা চংলিব্রা ?

খম্বা— পাথৌ যাঙ্গেন নমৈ ৱাইজগে হৈনা নতুং ইঙ্গুগে। কুমজা কুমজা খুদিংগী ইতাওদি লৈরোই হঙ্গবা ওইহুনা লৈ থিবনিনা লৈরাং লৈথোং খংইনি। ঐবুসু লৈরাংগী লৈথোং তাকপিয়ু পাথৌ।

নোংবান— করিগী তাক্কনি ইতাও। ঐনা খংবা ইতাওনা খংবনি, ইতাওনা খংবসু ঐনা খংবনি।

অম্নুম্না লাকপনা লোয়বী চীং কারকপদা মখোই অনিমক থণগী পাবোং ত্তৌনা কাঁয়রকই। খঁয় চৎলগা লোয়বী চীংমাইদা য়াঙ্গেন শঙ্ চকচাকলে, কোঙয়াং লৈনচিংবা লৈরাংনা চীংমাই থম্না শাংলমই। মাস্থ উর্বদা খম্বা নোংবান অনিমক হয়াওই।

খম্বা— পাথৌ ইবুংঙো! লোযবী চীংমাই থম্না শাংলে লৈরাংসে। পাথৌ ঐখোই অনি লৈরাং পোমাই থম্না হেক্লগা ভম্মানা হনবা য়ারগনি।

নোংবান— ইতাওবো। ইতাওনা কুমশিদা লৈরোই হঞ্জবা ওইবনিনা উরিবা লৈ অসি ইতাও যাওনা হেকপা য়াগদবোই নিংবনি। পাথৌ! লৈরাং অসে নংনা হেকপা য়াবা লৈ নত্তে, নমান ইবুংঙো অঙোম নিংথৌগী শিঙেওল লৈকোল্লি। ঐনা হেকপাদি যাগ'ন ইতাওনা হেকপদি য়ারোই।

খম্বা— ইমান ইবুংঙোগী ওইববদি ঐদি শিঙেওল কদাই-দগী হেকলুগনি ইতাও।

নোংবান— (খম্ববু থাংজিং চীংগী চীংগোন্দা য়ারবদি পাম্বনা য়াথোং চল্লসনু কৈরেম্না পাবোং লোল্লসনু খম্বা লৈরবদি কাওবা য়ারয়োই থম্মুনা) ইতাওনা হেকপা য়াবা ইমান ইবুংঙোগী লৈকোল লৈ।

খম্বা— পঙ্গৌগী লৈকোল্দি কয়া লাপই পাথৌ।

নোংবান— চীংগোন অনি চৎলগা লৈরমগনি পাথৌ।

খম্বা— অদুদি ইতাও লৈবিরমখো ঐ শিঙেওল লৈরাং থিরুখিগে।

নোংবান— ইতাওবো।

খম্বনা লোযবী চী কাখৎলক্লে। পুরেম্বা লৈকোন ফংনবা খিবদা লৈকোম্নদি লৈতবনিনা খম্বদো লোযবী চী গোন্দা পাম্বনা মরাইনা চাজগ্রগনি খন্দুনা নোংবাম্না লৈহৌই। খম্বদি অস্তুম অস্তুম কাম্নকপনা লোযবী চীঙ্গোন অনি চংলক্লে চেক্লাগী খোঙ্গ্রেন তারক্লে, নমু তাইব, মীগী খোংফম তাখিজ্রে। মানা লমদম তাম্নদি লাক্লগা লৈবা, শাংপা মকমদি খ সক্তুবা অদুদা পামেল উজাও অমগী মখোংদা ঙাইহাক পোম্বাগে হাইড়না ফমই। মতম অসিদা থাংজিং লেমনা চীঙু থাংজিং যেংডুনা হাইরকই — খম্বনা ঙসি লৈরাং খিবসিনু লৈবাদ ফংলরোই। লেবাং লৈতবা লমদমদ কবম্না লেবাং হেক্কন ইবুংঙো। পাম্বনা য়াখোং চনবত্তুম যাই। মাসি তাবদা চীঙু থাংজিনা হাইবকই — "মতম ংস্তুনা গ্রনা লৈরাং পীগনি। থাংজিং লেমা নংনা খম্বদা লমদম তাকউ।" অস্তুম্না পাওমেম্নতুনা থাংজি লৈমনা মোইরাং চনু শানা মনঙ্গন্দা শম্ন অমা পুত্নুনা চৎলি। মতু উবদা খম্বনা কৌবকই —

খম্বা— লোযবী চীংগী মীরা, মোইবাংগী মীরা? নপারি চাওদবদা তাকপিয়ু।

মোইরাং চনু— ইমাদি মোইরা চনুনি।

খম্বা— পলেম শকপী। ঙাস কোরৌ নুমিত্তা পম্বৌগী লৈকোন খংত্রে লৈরাং লৈকোন তাকপিয়ু।

মোইরাং চনু— পারি ইবুংঙো লৈকোনগী মপুগী কোংলোম্ন হাইয়ু।

খম্বা — চখাঙম্বা পুকেম্বা কৌই পলেম ইবেমা।

মোইরাং চনু— পাৰি নংবু ইবুং চখাঙম্বনা পোকপরা। কোনোয় নমিং কৰি কৌই ?

খম্বা— খম্বা কৌই।

মোইরাং চনু – নুংঙাইরেদা। পাৰি নংবু পোকপা পলেমদি ইমাগা লেঙ্গানি খোইনৌ ইতাবু শান্নখি। ইবুংঙো লৈকান্দি ঐনা খংই ঐনা তাক্কনি। ইমাসু মোইরাং চনু থাঙ্গোশ বনি চীংদা ইঙাইগীদা চুংল্লুবনি। তমদা ফংদবনা চীংদা ফংই চীংদা ফংদবনা তমদা ফংই। ইমাগী হৈনা ইল্লু ইমানা তাক্কনি।

খম্বনা হোৌগৎতুনা মোইরাং চনুগী হৈনা ইল্লি তানবা ইফং ফংদে। খম্বনা খল্লি— "ঐনা অসুক কন্না চৎপবু ইফং ফংদবা অসিবু করিনো ?" হৈনা ইন্নকপ স লোযবী ক্লুক্কপনি। খরা চৎলগা শুমাংদৌনা তেম্বা মক্ষম অমা লৈরমই মাহুগী ফুমনৌ হৌবা মাইগৈদা মোইরাং চনু দা মাংখ্রে। খম্বদো পাইমা লোৌশিং থোক্লকত্রে। মানা অতেম্বা লম অহুগী মথাইদা হৌবা পামেন উজাও মখোংদা ফমথরে, "ঙাস তোৌরবা অসিবু করিনো ?" খল্লক্লে। মতম অসিদা চীংঙু থাংজংনা কাক্তাগী ফুংশিং কোৌরক্লে। কাক্তাগী মাঙ্গংবা থুংলরে। ফুংশিংনা কন্না শিংলকপদা পামেন উজাও অদা হাইনা হুম্না থাংলকই। মখাদা ফুম্নবা খম্বনা ফুংশা তেক্লক্লো হাইদুনা মথক্কা য়েংখৎলকই মাহুদা নুংশিংনা হজিন্নরগা শিং তাক্লকপদা উথক্কা শিঙেঙল লৈরাং শাৎপদো উরক্লে। মপুক্লিংদা অরা নুংঙাই য়ামখ্রে। "থুংনা

কোনবা থুংবা পামেন নত্তে করম্না কাদুনা লৈরাং হেক্কনি’ হাইনা লম্ লুকথনা বাখল তৌই। মতম অসিনা চীঙু থাজিংনা থাংকম পীখ্রে। খম্বনা মানা ইল্লিবা চবৈছু পামেন উখোদা পম্লম্লগা পামেন উজাও অতু কাবকে। মশা ৪ ক্লোবা মফম যৌবদা লরা ফংলে। লৈরাং হেক্লগা “হে ইবুধৌ থাজিং। শিঙ্গেল লেবাং লৈচা তৎহনবিগনু” হাইনা খুকমজদুনা রাংলবা পামেন থক্তগী থাদবকই। মালেম লৈদা তাববদি চীঙু থাজিংনা লৌবিববোইদ্রা। খঞ্জকই মাদুদা লৈরা দো তুম্নৌ মপান্না চরৈ ওইনা শা’ববা থক্তা তাবে। মানা শিঙ্গেল মেম্লে কাকলৈ শারৈ অমসুং চেকমলৈনচিংবা লৈবাং লোইনা হেকলে। খম্বনা উথক্তা লৈবিঙৈদা মাবু ঙসাই লমজিংবিরকপা মোইরাং চনু অদো লেপতুনা লৈবা উবে মানা কুম্লগদি লৈত্রে। মাদুদা মানা চীঙুনা থৌজানবিবোরব খঞ্জখি। মানা লৈহৌরানা মথা থাবগা লৈবা শিংতু যেন্দাইদা হাপলে পোমাই থল্লে। অসুম কুম্লকপদা লম্বীদা শতু তেকচাকলৈ কোযা লৈ হৌবমই। লানা খল্লগা মানা লৈবা শি অতুসু তেকতুনা মথক ইথংথনা হাপলকই।

সোমদা অঙোপানবা মচা নোংবান্না খম্বা শিবত্রা শিন্দ্রিবরা হাইদুনা লৈই ইদুনা যেংলি। শি তাবগা মানা হবাওই শিদে তারগা শাওই। খম্বনা লাকপদা থোইবী কৌনা তেংথাবকই। খম্বা নোংবান উনরে।

নোংবান—নিংথৌগী মচা ইবেমবু ইতাওনা লৈরাং থিবদা তেংথাবা করিগীনো?

খম্বা—ইতাওনা তাযোম্লনা তাবা ওইগনি। ঐদি তোইবী লৈমা হাইনা তো৲থাবনি।

নো৲বান্দা মখা তাকম লৈত্রবুনা মখোই অনিমক কুম্লক্লে। তম্পাক তাবক্লবদা নো বান্না হাইবকই —

নো৲বান—ইতাও চযাম যাওবকপদা চযাম চাবা মতম ওইরে। ইতাও খবা শাপ্পা হন্দাকউ।

খম্বা—ইতাওবো ঐবু লান্না হন্দোকউ হাইবাস কবিগনা ?

নো৲বান—ঐদি খুবাই লেমা মচানি চান বতা চাবনি। ইতাওগীদি নচেম লাইববীনা চযাম হাপলকপনি নো৲বান ঐগী চযোম উবদা তবা চঙন চাবা যারোই লাইববা চকম থোবা যারোই।

খম্বা— ইতাও মাহুদি ঐনা হেন্না পামই।

অসি হাইবগা খম্বদা চ৲থাল্লগা ঈশি৲ মপান্দা চযোম থোকতুনা চাবে। মখোই অনিনা চাবহু ত৲খাই চল্লকলবা মতমদা নো৲বান্না খম্বনা চারিবহু যে৲গে নোক্লগে হাইতুনা খম্বগী মনাক্তা চ৲লকলে। নো৲বান মানা চাবা ক৲ত্রবা কেস্তাক্কী শরে৲ তাকমুগী ঙাক্রা ত্রো৲ লাওবী ঙাকচ্রো অহু উবকপদা নো বান মিতাব। মানা অসোমদা খম্বগী নাক্তা লাল্লিঙৈদা মাগী চাক অহু ক্বায়া লাক্লে। পেকুক চক্ষ৲ৎ অহু ক্বাক্বা থদৎতুনা চারে। খম্বনা মাহু উরহুনা হাইবকই — "ইতাও ইমান ইবেমনা লা৲লকপা তবা মথেল অদো চেক্লানা চি৲হুনা চারে।' খম্বা যে৲লগা নো৲বান্না হাইরকই—

নোংবান— ইতাও নংগী চয়োম অসিবু নচেম খম্বমক্লা হেক লাংলকপ্রা ?

খম্বা— পলেম পম্থৌনা নাওকোন্দবা মচানিনা ইতাওবো ইচেম্মা খবা লাংবিরকপনি ।

নোংবান— ইতাও ত্রোং লাওবী ঙাকচেৌ অদু হাওবনি ।

খম্বা— হাওনি ইতাও ।

নো বান— ঐস্লু খিত্তা তংগে ।

খম্বা— পাইখৎতুনা উৎপা চাবনা মানা চাথোকপা ।

নোংবান— ইতাও শরেং থোংবদো চুম্নগী শরেং মান্দে কেন্তাক্কী শবেং মাল্লিনা ।

খম্বা— ইতাও মানি মানি ।

নোংবান— হাওগদবা মাল্লি ইতাও ঐস্লু খরা চাগে ।

খম্বা— হেক চাথোকই ।

নোংবান— তাকমুগী ঙাক্রা মাল্লিদা ইতাও ।

খম্বা— মানি ইতাও ।

নোংবান— খর চাগে ইতাও ।

খম্বা— হেক চাথোকই ।

নোংবান— ইতাও চাকচাদ্রদি নখোই যুবেঞ্জম অসি কযা ফজদবোইবে ।

খম্বা— ঐগী অসিনদি ইতাও কযা হাওতেদো ইতাওদি থুরাই লৈমগী মচানিনা লানবা ইকাইহুনা তৌবনি ।

চাবা লোইরহুনা মখোই অনিমক লৈ পাবোৎ ওইনা

পুরক্লে। খম্বনা চেঙ্গৈরোমদা থুংগ্রে নোংবাম্বা ময়ুম্বাক্তা চৎপ্রে। খম্বনা থুংলরবদা মচেম খমনা ওক্তুনা লৈ পাবোৎ অদু সনামহি কাদা থমই। মতম অসিদা মচাইবেমা পোইবীনা মন্যাই শেনুগা লোইননা লাইরশংদা লাক্লে।

থোইবী— ইনেম শকপী ইনমা! নহুনি থৌনা শিঙেঙল লৈরাং হেক্রুকপদি কদাইদা লৈ।

খম্ন— লাইনিংথৌ কাদা লৈ মচা ইবেমা।

থোইবী— (পোমাই হাংহুনা যেংলুবদা যাঙ্গেন শহু তেকচাক্লে ওইরম্লে।) হাইমা কবম্বগী লেতানো? সিগুম্বা লৈবু হেক্তুনা চীংঙ থাংজিংদা কবম্না কৎকনি, ইপল ইবুংঙোগী শনক্রুপ্পা কোকথোন্দা করম্না থেৎকনি। যেংজনিংদে লাও শেনু চৎশি-লাও।

শেনু— ঙাইবিখো সনা ইবেমা। ঐনা উজববু লৈরাং লৈখল নাইনা উই।

মখাগী লৈরাংহু উরকপদা থোইবী তিলাং খোইদানখ্রে।

থোইবী— শাবি ইবুঙো মু শিবা। মাঞ্জনা শিঙেঙলগী মার খোঙ্গুন লিবিকবদা অবা লৈখৈ তাবা নুংশি পোৎলুম কাবদো পোথানবা মাঞ্জগী চিন্দম চেং লেম্লৈ ঙা পুজবকপনি। হুজিক্তি ননাওদি চৎচরগে। (তম্পাক যুম য়োখিবা।)

# চরৈ বাইবা।

—.( * ).—

নোংবান্না অঙোম ময়ুন্নাক্তা বাখল তৌই "হন্দক খম্বগা ঐগা থেংনবা অসি মবাদা কা ঊৈজদা মানা হেন্নে। থা জিং লাইগী লাইমা দা মাগা ঐগা থেংনগদবা অসিদি যাইশা ২ পন্থেংনবগুম থোকপা তারে। লাইরবা মচানি মাদি চরৈ শেৎনিং- ঙাই লৈবশ্লোই। মীচিক মীরাওখাল তাবক্তুবা অহিংদা দোলায়পাবা শাতুনা মাবু হরাওবা যাওহন্দনবা লাওকগে!' অসি খন্দুনা মানা চেঙ্গৈ পাংলেন তারক্লে, নোংয়াই খম্বগী হোজং মপাদা লেপলে অতুগা লাওবকই— "তাও তাও মোইরাং মচাশিং। কুমশিগী কুমজা অসিদি মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগী সনা য়াথং সনানা মযু, ওইবা লুপানা মফেল ওইবা চরৈ শেৎত্রবদি থাংজিংগী লাইমাং যৌবা যারোই। খাবা মাইবা মাইবীগী মপাওখোন্নি ইবুধৌ থা জিংগী মপাওখোন্নি মপু মোইরা নিংথৌগী সনা যাথংনি তাদে লাক্কে হাইগনি। "অসি লাওরন্নগা নোংবান হনখি।

খমনু—ইচেমগী ইবুংঙো! ইচেম্মা নংবু থাঙ্গ লৈকাই কোইগনু লৈকাই পানশং লানগনু হাইবদি অসিননি ইবুংঙো। পানা মকোক্তি ওইরে লৈরোই হঞ্জবদি ওইরে। হুজিকপু সনা য়াথং

লাওররিবসি মপুগী থৌণাদি শোইবা য়াদে কনাদগী চরৈ লৌক গনি। (খমনু লাইরবী কোক্কা মোনগা তাইনবা যাব্রতুনা হুপ্লকমদগী হৌগৎলে।) কমদৌগদগেনে ইবুঙো। ইপা ইবুঙো থাঙ্গরাকপা মবানযাইদা চৎলশি।

খম্বা— ইনু, ঙাল্লগা চৎলশিবা ইচেমহন।

খমনু— ইনু, ঙানবা ঙাইবা যাবরোই।

মচেমগী যাবা খোনফমদগী অহিং অহুদা মচিন মৌপরা থাঙ্গরাকপদগী চরৈ রাইবা চৎলি। থাঙ্গরাকপা মবানযাই য়ৌববদা—

থাঙ্গরাকপা— কনা কনানো?

খমনু— (চাবগী পৌবোন শৎতুনা ইমুংদা চংলক্লগা) ইপা ইবুঙো নমোম্না চবৈ বাইবা লাকচবনি।

থাঙ্গরাকপা— চবৈদি লৈ পীবা ঙম্লোই। নংগী পম্থৌনা ঐগী কাদা লীরৌখি।

খম্বা— (পম্থৌ পল্লকপদা) কবি থোক্লে ইচেমহন। পম্থৌহুম পিবল্লক্লে।

অসি হাইতুনা খম্বনা মাঙ্গোনগী উখোকতেন্দা ঙাহুম্না তল্লকপদা যুম অহু কেৎ কেৎ হাইরকই। খমনুনা মহুনিংথৌবু খামই। মখোই অনিমক ময়ুম নাক্তা হল্লক্লে।

খম্বদি হিপ্লফমদা চংতুনা হিপখ্রে। খমনু লাইরবীনা পলেম পম্থৌ কৌতুনা কপ্লকলে। মখোই অনিনা থাঙ্গরাকপগী মবানয়াই-দগী হল্লকপা মতৌ অহু উবদা নোংমদোন কোরৌ খক্তা লৈখ্রবা

শক্তিক মতু, ইনগ্রবা থাবা মমৈ য়াইগ্রবা পুরেম্বা ঙাংখরৈমা অনিনা মপারিয়ি লাংলেন অনিদা চরৈ তাকলুশি হাইহুনা লৈচিন থোংলোন ৯ হাংনা কুম্লক্লে। শুমাং মথৌবুংদা লেপ্লগা ঙাংখ-রৈমনা হাইরকই — "ইমোম লাংলেন ইবেমা। লাংলেন করিগী য়াবিবগে? ইচানা চাওরক শাংলক্লগা শেৎনবা চরৈ ইমানা তাবু ময়া কানা থল্লম্বনি।" পুরেম্বনা — "হা লাংলেন। নহু নিংথৌগী চরৈগী করি য়ারিবগে? মপুগী থৌগল যাবা সনাকনচিংবা তাবু মযা কানা ইতাও থোংলেনগী মবানথাইদা নচিন নৌপবাগী থল্লম্বনি ইপানা। মোইরাং কনাদা কেগে কনাদা চরৈ য়াইকগনু।"

মাসি তাবদা খমনু লাইরবী হিপ্লকমদগী হৌগৎতুনা পন্থোগী শঙ্গাই মাঙ্গোন তান্না চেন্থোরক্লে। খমনুংগা তাইবংগা উনৌ হাইবদি তমদবনা লৈচিলগী মও, ওইনা শাংথ লেংথনা তাবা অহু উবদা মানা হাইজরকই — "ইপা ইবুংঙো। হুজিক্তা পলেম পন্থোগী কোলোয নপাওখোন ওইনা হাইবিরম্লগা লৈচিলগী মও, ওইনা লৈবিরম্লবোইবে।" খমনুনা তেংথাখি। ঙাইহাক লৈরগা লৈচিলদো মাংখি। খমনুনা ইমুংদা হঞ্জিল্লক্লগা হাইরকই-

খমনু — ইহুনিংথৌ হৌগৎলো। থোংলেন মরানথাইদা চৎতুনা চবৈ নিকশি।

খম্বা— থাঙ্গয়াকপগীদা চৎলুবদা ইকাইবা লংজবা অহু-গুমহুনা থোংলেনগী মনাক্তা চৎপদসু ইকাইরকপা য়াই। ইনুং ঙাল্লগা চৎলশিবা ইচেমহন।

খমনু— মোংয়াই নংদি ইনুং ঙানবা ঙাইন্নিই, ইচেমদি

নত্তৌলাংগীদমক ইমু, ভানবা ভম্রমোই"। নোংয়াই ' লৈহৌরো ইচেমর্দি চৎলগে ।

মচেন্না থৌংকাপি নাহুই "তমখিবত্তু উবদা নোংয়াই ত্রিপতুনা লৈবা ভর্বক্তুনা মচেম্বগী হৈনা মতুং ইল্লক্নে । 'মাইবাং থোংলেন অকোবগী চিনদেং থুজাই 'অমা মাংখ্রে, মাতুগীদমক মনাইশিংনা তুমমুনা লৈখোকপনা মাংখনি" মিৎশেং খাংবা শোইখননি হাইহুনা মনাইশিংখু 'খৈখি চৈখি"। খম্বা খমনু অ'মনা লাকপা মতম অশিমক ' থোংলেনগী মনাইশিংনা কম্না 'মৎশেং খাংদুনা লৈরমই"। খমনুনা জোজং মপা হেক যৌরকপদা থোংলেনগী মনাইশিংনা হাইরকই.—

থোংলেনগী মনাইশিং— মোইরাং চমু কনানো অহিং ভাংলো অখেংবদা ?

খমনু— ইপা ইবুংঙোগী অরামবাহাইদা লাকচবনি ' ইপা ইবুংঙোগী নাক তান্না পুশিনখিবনি ।

"মবৌ 'তৌনা খুম্বমি হুরানবনি' ফাও ফাও' হাইহুনা থোংলেনগী মনাইশিংনা খমনুবু অঁরা লৈখৈ তাহনগে তৌবক্ল । মাতু উরকপদা খম্বনা হাইরকই— "ইপা মনাই অউম্ব শিং। হুরানবা লাকপা নত্তে চরৈ নিবা লাকপনি ইপা ইবুংঙোগী নাক্তা পুশিনবিয়ু"' "নিপামু য়াওরিক্নে" হাইদুনা মখোইমা খমনুবু কাপে 'তৌই" নোংবাই" মামা কম্লি"। মাবু" ফাপে" তৌই অমুক" অনিরক্তি ফাবা ভমদে । ৫/১০ রক ভুরকপদা 'মীনা মীয়াম' ওইবনা নোংয়াই 'আবু ফাজে"। থোংলৈনগী অমাং থংবা রেখাদা।

মচিন মৌপবাবু পুন্দুনা থমই। অহিং নোংশোইবা মখোই অনিদো কা, মরক্তা খাংতুনা লৈখি। ইনুংনা ঙাল্লক্লবদ থোংলেনগী তালোই অতোম্বীনা মিংকপ থোক্লুনা খোংকাপ নাহুই তম্নকপদা খম্বা থমনুবু পুন্দুনা থল্লবদো উম্লক্লে। মানা খমনুগী চেংলৌ উবদা নুংশিতুনা মনাক্তা চংশল্লগা পাও হংগে তৌখিবৈদা খমনুনা পাওমেক্সবকই -

খমনু— পম্বৌগী তালোই ওইরমতুনা ইমাতোন কৌশি কদাই নিঙোন লাইবক চাওবীনা মিংকৌকম খংজদে। ঙসি কোরৌ নুমিত্তা ইপা ইবুংঙোগী মবানথইদা পম্বৌ খুকমগে লাকচববু পম্বৌ॥ মনাইশিংনা ফাতুনা তুংবুন পরৈ লৈতুনা থম্বিম্বে। ইপা ইবুংঙোদা হঙ্গৎপিতুনা ঐখোইগী অবাবা কোকপিয়ু।

থোংলেনগী তালোই অতোম্বী— ইমোম হুবেমা। বাক-রগনু। ইমানা পম্বৌ নপা ইবুংঙো যাখৈকররগে।

তালোই অতোম্বীনা খম্বা খমনুগী অবাবা উবদা তরং লাইর্জ ঈবা চেন্না থোংলেনগী নাক তান্না চংশকই। থোংলেনবু যাখৈবা হাইবাসদি থানা মাংওইনবনি তানা মাংওইনবন। যাখৈনবা ঙম্নদবতু নুমিৎ অহুদি যাইবী মাংলবস্থু মাংলগে হাইতুনা মথংলেনবু হৌদোক্লকপা তারক্লবদা মশা শোক্লা হৌদোক্লক্লে। থোংলেন্না অথ বগা লোইননা হাকথং তা তারোন তা থিরকই থাংলেন খুৎশু যেংলকই। তালোই অতোম্বীনা মথংলেনবু যেংনা হাইজরকই— "অঙম্বা লাল্লোই তানবা ফম্নাইবা। ননাওগী যাইবী লৌবা কোনশি। নপারি চাওদবা নমোম চাওদবা অনিবু"

মখুং ভুংবুন পরৈ লৈহনা অরাং থ বা যেন্নখাদা অহিং নোংশোইবা কাংলেন্না চিকপনা ঈভাং পাতক্লা ইমেন পামকেন্না কপতুনা লৈবা নপাবিগী চেংলৌ যেংলগা নমোমগী চে লৌ খ লগা ননাওগী লাল্লু চোমায কম্বিয়ু, পাবি লাং শনগী চেংলৌদ দি খ বিখো। “মপাওখোন ভাবদা থোংলেন্না খল্লি ঐদি পারি পোক্কে ইমোমম্ভু শাৎতে কনা ওইরিগবা ঐবু পন্থৌ হাইবসে। ভসি কোরৌ মুমিত্তা পারি লাংলেন অনিনী চেংলৌ যে গে।’ অসি খন্দুনা অথৌবা হিপ্পফমদগী হৌগৎলে, মশা শেংদোক্লে।

থোংলেন— নুজা পা ব লাংলেন অনি পুশিল্লক্লো।

ভালোই অংতাম্বীনা “পারি লাংলেন অনিমক নপা ইবুংঙো ফমকম লাংদা ফম্লে, নপা ইবুংঙো ঊনরো” হাইদুনা মখোই অনি পুশিল্লক্লে।

থোংলেন— কেগে কনানো মোইবাং কনানো থোংলেন ঐবু পান্থৌ হাইনা কৌই হাইবা? মতম কুইনা চোইনা তাখিবনা লিক্লাং মশক খংদবনরা? কোলোয মমিং ভাগে পলেম পন্থৌগী কোলোয হাইযু।

খমনু— পান্থৌ ইপা ইবুংঙো। পন্থৌনা কাওবিরবনিনা চীংভু লাইবৈবাক যৌগ্রবা পলেম পন্থৌগী কোলোয় পঞ্জগে নমোম্না। পন্থৌগী কোলোযনা পুরেম্বা চখাঙম্বা কৌই, পান্সমগী কোলোয়না ঙাংখরৈমা যুমলেন তোমপোকপী কৌই। নমোমগী কোলোয়না মোইরাং খমনু লাইরবী, নপারি চাওদবগীনা খম্বা হাইনা কৌই ইপা ইবুংঙো। পন্থৌ করম্না কাওবিরিবনো?

খমনুগী মপাওখোন তাবদা মোইরাং থোংলেন অথৌবা মালেম লৈদা ওন্দুনা কপ্লক্লে। তাঙ্গোই অহনবু কৌরক্লেঃ "মুরা ইবেমা মুংশিবী। নমোম লাংলেনবু কৈরা তাংজিন থক্তা পম্লোলাও। নপাবিবুনা ঐনা পমগে। পাথৌ মরুপলোই! নোংমদোন কোরৌ থক্তা লৈচিল থোংলোন থিংবিগনুকো। শানুনা ঙাইথিদে নিংথৌনা ঙাইখংদে হাইবদো থোংলেন ইহাক থক্তা থোক্লে।" হাইদুনা থোংলেম্না পুরেম্বা ঙাংখবৈমা অনিবু কৌদুনা খম্ববু পমদুনা কপই।

থোংলেন— পাবি লাংলেন নখোই অনিবু তুংবুন পরৈ লৈদুনা অবাং থংবা যেন্নখাদা থমই হাইবা চুমত্রা? খমনু।

খমনু— চুমই ইপা ইবুঙো।

থোংলেন— ঙসি কোবৌ নুমিত্তা ইচাবু তুংবুন পরৈ লৈবম্বা ইদাইবেম পুন্নমক চংলকউ। (চংলকপা) পাবি লাংলেনবু পুল্লম্বগী চৈশিং কক্তনা যু। (মদাইবেমশিংদা য়াথং পীবা।)

খম্বা খমনু— ইপা ইবুঙোগী মদাইবেম ইয়াম্বশিংবু চৈকক পীবসে ননাই ইচিন ইপবানা কনজবম্লগে ইপা ইবুঙো।

মদাইবেমশিংনা খম্বা খমনুগী পুকচেল ফজবা লমচৎ ফজববু থাগৎখি। মখোইনা খম্বগী মদাইরেমদুম ওইরগে খনখি।

থোংলেম্না মচাগী মতিক মপাঙ্গন যেংনিংলক্কুনা মচাবু অহিংদা ফাবা তম্বা নিপা ৫গা মচাগা কোন্নহল্লি। খম্বনা অমমমদা ওইনা মখোইবু মালেম থক্তা লৈখা থানা থানা থমই। থোংলেম্না নিপা ৫গী মনাদো খম্বদা পী।

থোংলেন— পাম্নি ইবুংঙোনা মপাগী মনাইনি হাইবগী খুদকবা নত্রা হৈ। খংলত্রা ইচাগী পাঙ্গন। ( মনাইশিংবু ত্তান-থোকপগা ) লাংলেন ইবেমা। অহিং অথেংবদা ইপাগী ইয়ানবাইদা লাকপদি কবিগীনো?

খম্বু— ইপা ইবুংঙো। চীঙ্ থাংজিং হবাওবদা চ'র অমমবা শেংপা যাবোই হাইনা দোলায পাবনা অহিংদা লাও খরে পন্থোগীদা চবৈ নিজগে হাইহুনা অহিদা লাকচবনি

থোংলেন— লাংলেন করি?

খম্বু— ইপা ইবুংঙো চরৈ নিগে লাকচবনি।

থোংলেন— লাংলেন কবি?

খম্বু— ইপা ইবুংঙো চরৈ নিজগে।

থোংলেন— ইমোম ইবেমা ইপাবু পোক্তবনি খনত্রা? ইপাবু পুক্নিং নুংশিদা। ইপাগী ইয়ানবাইদা চরৈ নিয়বদি ইপাগীদি পীনিংঙাই লৈজদে। "ইপা ইবুংঙো। নমোম চাওবে। নমোমগী চরৈ পীযু। নপাম্নি চাওদবা লাই হরাওবা চংকনি চবৈ পীযু।' হাইরবদি ইপাদা চবৈ লৈনে লাংলেন।

খম্বু— ইপা ইবুংঙো। নমোম্না মুপিচা ওইবনা হাইগদবা য়ানা হাইদা হাইবোইদোবা বারম্না মাংদা থাকরে বারৌবিগনু। ইপা ইবুংঙো নমোমগী মতম যোরে চরৈ পীবো। নপাম্নিগী চরৈ থোনবা মতম ওইরে চরৈ থোক্লো পন্থো।

থোংলেন— লাংলেন ইবেমা। ইত্তাও পুরেম্বা ইচন ইবেমা ঙাংখরৈমা অনিমক্না ত্তাবু ময়া কাম্না চরৈ অমমইনে

লা লেন । ( তালোই অহনবু তাবু পুখোকহল্লগা ) খো৲লেম্বী। নমোমগী চৈরৈ খোল্লু যে৲গে । পাম্বিগীনা ঐনা খোনগনি । ( তাবু মনু দগী লৌখোক্লগা চৈবৈ শেৎপিবে ।) পুরেম্বনা থম্লম্বা নিংখম শমজি খামেন চৎপা পূম্নমক খম্বদা চপ চাই । খম্বা খমন্নুবু যে৲লগা কোবৌ থক্তা অমুক যে৲ পারি লা লেন অনিবু অমুক যে৲ খো৲লেন খো৲লেনবী অনিমক খুদা৲ পিফম তৈখি ।

খো৲লেন— পাবি ল৲লেন অনিমক চুম্না লাই হবাওবা কুম্মৈরা ? করিগীনো ?

খমনু— ইপা ইবুঙো নপাবি চাওদবা বেগে লেরোই হঞ্জবা ওইরে ।

খো৲লেন— অহুদি পাবি লা লেন অনিমক জগোই হৈবব্রা ? পারি ইবুঙো ইপা জগোই তম্বিগে । খো৲লেনবী ন৲না ইমাম্বু জগোই তম্বিযু । ( জগোই তম্বীবা লোইরগা ) পারি লা৲লেন অনিমক ইপানা ১০ চঙন ইনগদবনি অহুবু মতম লেত্রে ।

খম্বা খমনু অনিমক পুরেম্বা শঙ্গাই তাম্না লাকই । খো৲লেনম্নু মবানযাইদা লৈহৌই ।

অসোমদা মচা ইবেমা খোইবীনা মথ৲লেনগী চৈরৈ লৈরম্ম রাই মনমগী চৈবৈ লৈরম্মরোই হাইহুনা মনাই শেন্নগা লোইননা চৈবৈ থিল্লকই, ১ চঙন মখেল লা৲নবা পুরকই । "ইনান শেম্বী ইনমা । লেবাকী মা৲ওইননা কাবিযু, নহুনি৲খৌবুম্নু ক্মহনবযু । হাইরম্লগা মচাইবেমা তম্পাক য়ুমদা হনখি ।

## চবা-খোইশুবা পন্দুপ।

## লৈবাংবা।

—(*)—

ব্রাঙ্গোন নিংথৌ, থমং নিংথৌ, মোইরাংগী অঙম্বশিং লাকপা লাকপা কম্নাইবা পূন্নমক লাইগী লাইপুংদা কাখৎনরক্লে। অস্নুম্না লৈবাক্না তিনখৎলক্লবা মতমদা মপু ইবুংঙো লৈকোই মপুস্নু নিংথৌ শেনবগা লোইননা লেংথোক্লক্লে। চাওবা থোংলেন অনিনা যেৎথাং ওইথাং খনগৎলক্লে। ইন্দ্রাণী লৈকোই মবেমস্নু লাইপু যৌরক্লে। মতম অসিদা যাংলৌ লম্মখাংদা থোইবীগা শেনুগনা খম্বা খমনু ঙাইহুনা লৈখি। মখোই অনিস্নু কারক্কুনা থোইবীগা উনরে। ফৈরোইজাম্বা ৭ শেলু বা কারক্লে। মখোই পূন্নমক তিন্নহুনা মপুগী খারি লমজাওদা কামিন্নবক্লে। নিংথৌনা অঙম্বা কনা কারক্লিবগে হাইহুনা সনা মিৎযেং তারকই। মতম অসিদা মোইবাং চাওবা নোংথোম্বনা সনা যাথং করি তাক্লকদগে নুংশা থিহুনা সনা নাক্তগী থোক্লক্লে, থাংজিগী হোজংদা লেপ্লগা লাওরকই—

চাওবা— কেগে মচা কনানো? মোইরাং মচা কনানো? লাবা অমোম খাইদনা চেক্লা পোম্বী অনিনা পাইবগুম মপুগী খারি লমজাওদা যেৎ ওই খাইদনা কারক্লিবা। অঙম্বা ঐগী ইপাওখোন তাবদা খাইদোকত্রবদি মপুগী য়াথং অন্নাবা তাগান।

( য়াম্না খোনকম তাবদা নোংযাই কৈম্নোইজাম্বা অনিমক মশা থক থক নিকই । )

থোইবী— কেগে অঙম্বা কনানো ? মোইরাং কম্নাইবা কনানো ? যেৎনা চৎনবা লম্বী ওইনা চৎনবা লম্বী নিপা নুপিগী লম্বী তোঙান তোঙান্না শেমদবা থারি লমজাও অমম্বা থম্বগী ইপন্না নিংথৌ ওইবি ইপানা য়াঙ্গোন নিংথৌ ওইম্বি, অঙম্বা নশক খংলগা ইপল ইবুঙো নিংথৌদা হঙ্গৎতুনা নকম তাহনগে ।

চাওবা— ( মতু চুংই । ) মচা ইবেমা । কেগে মোইরাং লৈকোইবুদা শাংনা তাগে ননিং তম্লি তেম্না তাগে নখা তম্লি । লৈকোইবুদদি নুঙ্গা ননিংনি । ইপুনা খউদন্থুনা মোইরাং মচা লমহেনব্রা হাইহুনা লাওবনি । ( হঞ্জিনখিবা )

লাইপুং যৌরক্লবদা খম্বা উত্রা মাংদা মপু সনা মাংদা তা যুবগুম লেপতুনা লৈরক্লে । মুবনা পৈ পুরকই । মপুনা খুংলাম তোইনা কৌশিনবিরক্লবদা নোংযাই খম্বনা মপু সনা খুযা খাদা খুকমজৈ, বাঙ্গোন নিংথৌ খুকমজৈ, ইন্দ্রাণীনচিংবী লৈমরোই পুন্নমক অঙম্বা পুন্নমক চাংজৌ চেপ্না খুকমজৈ । খম্বনা কম্ফম খংদহুনা লেপতুনা লৈরকপা খমনুনা শংজি মন্নাদা লেপতুনা লৈরকপা উবদা চাওবনা মপু সনা খুযা খাদা হঙ্গৎচখি —

চাওবা — ঐবু লোইবা ইনিংথৌ । পোম্বী মপাঙ্গন য়াওব্রবা চেক্লানা তৌবগুম মপু সনা মাংদা শংজিদা লেপতুনা লৈরিবা নদাইরেম পুরেম্বগী মম্নোমলোই লাইবক চাওবী ননাইনা

কম্ফম কাইদোং খংদনা তয়, লাইজ ঈয়া চেন্দুনা লৈবসিবু মপু সনা মৎযে, তাবিয়ু ইনিংথৌ।

নিংথৌ—করি বানো ? ইপু। ঙাংখৈবমগী মমোম্থু চথাঙম্বগী মমোম্থু নিংথৌ ঐঙোন্দা ফম্ফম চংবা লৈব্রা ? মমাগী ফম্ফমদা ফমহল্লু। চাওবনা তাক্কুনা খমনুবু মমাগী ফম্ফমদা ফমহল্লি। খমনুনা যাদহুনা মতিক চাংদ হাইদুনা খিত্ত হন্থরগা ফমই

চাওবা— ঐবু লোইবা লৈমাবা। ননাই মচেমগীদি মপু সনা য়াথং পীবিবে মতুনিংথৌগীদি ইনি থৌ ?

নিংথৌ— ইপু নোংথোন ইদাইবেম পুরেম্বগী ফম্ফম পীয়ু।

চাওবনা নোংযাই খম্ববু পুবেম্বগী ফম্ফমদা পুখৎলকই। পুরেম্বগীদি থোংলেনগীম্থু মথক্তা লৈব ননা মপাগা মমানগগী মথক্তা ফম্বদো মতিক নত্তে হাইদুনা খম্বনা যাদ। মাহু উবদা খম্বগী থকশি খাশি নাইবা অতুদা লৈবাক্লা নুংশিনা শোম্নে।

চাওবনা "পম্থৌ নপা ইবু ঙোগী মখা ইকুগী থক্তা ফমউ। ইকুনা পলেম নমাগী মশক ওইনা লাঙ্গোনগে' হাইবদা খম্বনা য়াদে মমান চাওবগী মখাদা ফমই।

থাবা মাইবা মাইবীনা চীংঙু থাংজিং কোইবেল লাইবু ঈনামুংদগী কৌখৎলে থাংজিংগী মিংখৈ লাইগী লাইহুৎলোন শোল্লে। চিংঙু থাংজিংবু ফমদে হল্লগা লাংথৈ, খুরক্তা চপতুনা লাইগী লাইমাংদা মাইবীনা নোঙ্গবক্লে। থাংজিং থাংজিংলৈমা অনিনা লাইকোম্নুংদা ফমদেংলবদা মাইবীনা নোঙ্গবসি নমু তাংবং মীগী থবাই শেম্বগী পোলাং ওইবগীনি।

মতম ওইবহুনা খম্বা নোংবান অনিদা লৈ কৎনবা সনা

যাথং পীরক্লে। নোংবান্না হান্না চংলকই। মানা খাবী মাইবীবু থোওইদে অবাক অরাক্লনা হাই। অমাইবন চিংবস্মু নোংবানগী লৈ অদো থাংজিংদা কংতবা যাদবগী কৎলি মাগী ফনবগী কৎতে। মবু থো থাংজিং কংপা লোইবগা থাংজিগী লৈ অহ্ন পুরক্কুনা মানা নিংথৌবা রাঙ্গোন নি থোদা, অওম্বশিংদা অমস্তুং ইন্দ্রাণীন চিংবদা লাংই। নিংথৌনা নোংবান্দা মতিক চাবা চরৈ পীবি লকি খুদপ পীবি। অওম্বশিংস্তু মাগী মাগী মতিক ওকপা নোংবান্দা মনা পী। মতুদা মানা লৈমকোন্দা চংহুনা যাঙ্গেন শহু তেকচাক্লে কোংযা লৈনচিংবা লৈ কৎলি।

নোংবান্না লৈ কৎপা লোইববদা খম্বস্তু সনা যাথং ফংলহুনা লৈ পোলাং পাইরগা খাবী মাইবী মাইবগী নাক্তা চংলকই। মানা মাইবী মাইববু থুকমহুনা হাইজরকই — "ওসি কোয়ৌ নুমিত্তা লাইববা ঐনা লোযবী চীংদা কাহুনা ইবুধো থাংজিংগী দমক্তি হাইহুনা শিংওংল লৈরাং থিজকবা পালেম শক্লবী মাইবীনা পন্থৌ শক্লবা অশৈবশিংনা লাইববগী দমক ইবুধো থাংজিংদা লৈরাং লৈহুন তম্বিয়ু। লাইরবনা কপা লৈনি চীংঙুগী নিংবা থুদে হাইহুনা কৎনবিগনু। খম্বগী মপাওখোন তাবদা খাবা মাইবা মাইবীনা তব লাইজ চেন্দুনা খম্বগী দমক চীংঙু থাংজিংগী থাংজিং লৈমগী লৈরাং লৈহুন তমথি। লৈহুন তম্বা লোইরহুনা মাইবীনা খম্বদা লৈরাং পোলাং পীরক্লে। মপা শকপা থোংলেম্না যেৎলোম পাংবা মাইগৈদা মমান চাওবনা ওইরোম পাংবা মাইগৈদা মবাই ৭ শেলুংবনা হৈনা ইল্লহুনা খম্বনা লৈরাং

অসেঙ্ক পুরক্লনা মপুগী সনা মাংদা চংলকই। মপু মোইরাং নিংথৌনা মদাইরেম খম্ববু খুংলাম তোইনা কৌশিলবিরক্লে। খম্বনা লৈরাং কংক হাইজুনা লৈ হেক পাইখৎলকপদা—

নিংথৌ— তয়ুম ঙাইখো। ইপু চাওবা! ইপু থো লেন! ঙসি নঙ্গাক নচা নোংথাই খম্বনা পাইখৎলক্লিবা শিঙেঙল লৈরাং অসি কোলোয় করি কৌবগে?

চাওবা— ননাই মপাদা হংবিয় ইনিংথৌ।

নিংথৌ— ইপু থোংলেন। শিঙেঙল করি লৈনো?

থোংলেন— ঐবু লোইবা লৈমাবা যোল্লবদা কনবিয়। হুইগী হুইশক হুইকুনা খংই যনগী যনশক যম্বুনা খই—ননাই ইচাম্বা কৎপা শিঙেঙল ননাই ইচাদা হংবয় ই নংথৌ।

নিংথৌ— তয়ুম! লেবাং অসি কোলোয় করি কৌবগে?

খম্বা — ঐবু লোইবা ইনিংথৌ যোল্লবদা ঙাকপিবু। ননাই ইচেম লাইববীনা সনা খোইবি কেথেল কাথ্রবদা ননাইনা খাম্বী মৈ যেংবদা লৈরমদ্রে। ইচেম্বা হক্তিল্লকপদা খাম্বী লৈরমদ্রবদি ননাই ইচেমগী পুক্লিং নুংঙাইবোই হাইজুনা ননাইনা লৈকাইদগী খাম্বী লৌবা চৎচকইনে ইনিংথৌ। মাহুদা লৈকাইগী পম্বৌ মানবা ইপল্লা হাইবিরকই "নংবু পোকপা পম্বৌদি মপুগী মদাইরেম ঙইরমই। ননা হয়েং সনা থোগল তৌবকপদা মপু সনা খুয়া খাদা শিঙেঙল লেশক হক্কৎপা তাবক্লবদি খংলগোই ইপানা লৈশক তাকপিগে" হাইজুনা তাকপিরকইনে ইনিংথৌ। হয়াচকী নিংথৌনা যারো শঙাই তাল্লকপদা নবুথৌ পাখংবনা তুরী লাইরেল

ওইনা থংলি। উনহৈদবা লাইনি।তনজুনি লাইচুনি হাইদুনা নিংথৌনা লাঙ্গোই শগোল শাযাংথক্তগী চোংথদুনা তুবী মাবু থাংলেম্না ককই। অতিযা শিদবনা নোংত্রেন পাখংবগী মমৈ অসি চীংগু লাইথাম থে নহনপে নিংদুনা মালংবযু লৈনা পুখংহনখি। নোংমদোন কোংরৌ থক যৌরুবগা শিঙেঙল মাবু থাদরকই লৈনা লৈনা শাবকই হাইবগী শিঙেঙল লৈত্রে হাইনস্থ কৌই। নোংম দান কোংরৌ থক্তগী লংথরকই হাইদুনা শিংঙেল লংখৈ হাইনা তেংথানৈ ইনিংথৌ।

নিংথৌ— তয়ুম শিঙেঙলগী লৈনা তাবনা তাঙ্গ লাকোই মানবা লে লৈবাংগী লৈও তাবনা সনাগী লৈচরে মানবা লৈ অসি শিংঙেল করি লৈনো ?

খম্বা— ঐবু লোইবা ইনিংথৌ। তাইবং শলাই পীবকপদা তুমিৎ চযোল ৭না শলাই ৭ ওই। চয়োল ৭কী মচু মমেন খংলবোই খংনবা হাইদুনা গুবনা কাওরেল যনগী মও ওইনা তাওথরকই। গুকবু কুপলকই হাইদুনা শিঙেঙল যনকুপলৈ কৌই। মাগী মনম্না গুকগী মনম পুহৌই। শিঙেঙল অসি পোইবৈ তাদা যংত্রে হাইনা তেংথানৈ ইনিংথৌ।

নিংথৌ— শিঙেঙল লৈবা মচা ৭ কাংবা মচুনা হিগোক মানবা লৈনা তাবা য়েংলগা থাংলেনগী মও মানবা লৈরাং মাবু কাতিনা চপ্পগী মতৌগুম্না যেনশিন য়েম্না মও মানবা শিঙেঙল করি লৈরাংনো? তযুম।

খম্বা— ঐবু লোইবা ইনিংথৌ যোল্লবদা ঙাকশিল্লু।

সনা খুয়া খাদা ননাইনা হঙ্ৎপদা ননাইগী ইত্তিক চাই হাইদুনা হঙ্ৎচবা নৎচদে সনা যাথ মালেম লৈদা ভাদনবগী হঙ্ৎচবনি। শিঙেঙল অসিদি—চেক্লা মখৈনা তিল্লক্লবদা চেক্লা ক্বাক্লা পিবানি হাইরকইনে ইনিংথৌ। চেক্লা মযাম্না গানববাত্রে। ইন্নু বা শোবারেন গৌনরবদা শোবারেন্না বাযেনবা ঙম্লকত্রে হরিগী খুবম যৌনা হঙ্ৎনবক্লে। শ্রীহরিনা ক্বাক্বী মপাও হলকপদা চেক্লা ক্বাক্লা হঙ্ৎচবকই— "তাইবং পানবা মপু ইবুংঙো নাহাক্লা শেম্লকপদা নমু তাইবং মীগী যাখৈবোন ননাই ঐনা পুই। মরম অদুনা ননাইনা পিবানি হাইজবনি।" শ্রীহরিনা মথং মথং চেক্লাশিংগী মপাও হংবিবকই। চেল্লা অমুবী চবোইনা হঙ্ৎচরকই— তাইবং পানববু শেম্বরক্লিবা ইবুংঙো। ননাই ক্বাক্লা যাখৈবোন পী হাইগ্রবসি ইন্নুং ঙাল্লে পাও জনবদি ননাই ঐনা হাল্লি। তেতু ইবোন পীরগা ক্বাক্লা ইপাও পুদুনা চেঞ্জবনি। মানা পিবা ওইবা যাবোই'। চীংগী খুনু মৈকৌবী তমগী খুনু মৈচোনবী চেক্লানা হঙ্ৎচবকই —"নমু তাইবং মীওইবস্মু ননাই ঐগী ইপাও খংবদি তাইবং খোবাপ মশিং খংবদনা খই। ননাইনা পিবা পামদুনা হঙ্ৎচবা নৎচদে, ক্বাক্লা পিবা ওইবদি ননাইগী পুক্লিংনা যাজনিংদে।' নোঙ্গৌবীনা হঙ্ৎচবকই।— "ননাইনা পিবা ওইগে হঙ্ৎপা নৎচদে। মালেম শেম্লকপদা তুরেল তৌবদা চীংঙু লাইযাম্না হৌবিবদা ননাইনা যাজখিদে। ননাইনা বাশাগী ফত্বে থক্তা চে সগা ঈখৌ লাংলকপা মতমদা ননাইগী ইবোন্দগী লাইজ ঈশং পীরকই নমু তাইব যোক্লবা লাইজ ওইবকই। মতুংদা শেম্বানা হঙ্ৎচরকই— "শ্রীহরি

নাহাক্না মালেম লৈ পীবক্লবদা ননাই ঐবু লৈতাইবদা যাওবক্লেনে ইবু ঙো । লৈতাইবদা যাওরকই হাইদুনা ননাইগী ইমিংবু শেম্বা, হাইনা কৌই'। মাসিদা হৃবিনা পেনবিরদুনা তাকপিবকই "চেক্লা নংদি ঐনা পীবা মালেনদা লৈতাইবা যাওই হাইববদি নমু তাইব, মীগী যুমদা নংগী নযুম ওইযুকো। নযুম ওইবদা পুংকম কাইদনা চংলক্লবদি নমু তাইব, মীদুগী অবা লৈখৈ তাবম্বদগী নুংঙাইবা ওইসনু । ঐগী পাওদাক্তুনী ঙসিদগী হৌদুনা তাইব, মীগী যুমদা চেক্লা নযুম ওইজো। নহুম শাগে পাই শিল্লকপদা নথাদ নাপি চিকপদো নোংপোক পাংনা থম্বা অবাং পাংনা থম্বা খাদা নিংদা মাইগৈ খংবনা খংদুনা অবাবা কোকসনু, নুংঙাই বাং হাঙবা খংসনু । তাইব, অসিদা চেক্লা নখোই পুন্নমক্নী পিবা শেম্বাংনা ওইরসনু । চেক্লা ক্বাক নংদি নতু ফোইদুনা বাকোংউ । (হৃবিগী মাংদা কাল্লা মতু ফোইদুনা বাকো ই ।) ঐগী মা দা বাকোংলিবা মতুসে লেম্না মাংবা যাদে শিঙেঙল ক্বাকলৈ ওইবসনু । অসুম হান্দুনা শ্রীহরিন শিঙেঙল ক্বাকলৈ থোনখি হাইবে ই নংথৌ ।

নিংথৌ— মদাইরেম্মু নুংশিবা মিংযেংনা যেংবিরগা মোমোন নোক্তুনা লেরাংদা সনা মিংযেং তাই । মতুংদা লৈচা ৯ লোংবা শৈবাং পাইখৎলগা) তযুম । লৈরাং লৈখোক যেংবদা খুবোম যাংশি চনবা মানবা লৈ, লৈনা তাবা যে লগা নিংথৌ ঐগী থাংলেন খুংশু মানবা লৈ লৈচু যেংলগা সনাগী মচু মানবা লৈ মথাইদা মনি থিনবা মানবা লৈরাং অসিগী

কোক্লোয় হায়রু ।

খম্বা— ঐবু লোইবা ইনিংথী । হৃৰিচক্কা তাইনবা হয়রুচক্কী অহৌবদা মুংযাংঙম্বা হাইবা নিংথৌ অমা পাল্লমই হাইযে ইনিংথৌ । অনালমা চহি ৩ মপুগী লোই কারকত্রবদা মপু সনা খোংলেংহুনা হুযেন লান্দাবা তারবদা মনাও ইবুংঙো হাওক্ত ঙম্বা বাঙ্গোন নিংথৌনা লোই থৌবা চৎনবা সনা যাথং মিত্তখি । লমহেনবা অনালনি হাইনা মপু সনা য়াথং খাম্লকপদা য়াত্রহুনা বাঙ্গোন নিংথৌনা মযাম্বুং খুকম্লগা খোংকাপ নাহুই তমংগ্রে । অনাল খুল্লাকপগী খবাই থোংজিন্দা পম্থোংদা উনা থেবলল্লুই । বাঙ্গোন নিংথৌনা উনা অত্থু তুংওইননা থম্লগা খয়াই মনুং চ শিল্লকপদা মামুব। ওইবমহুনা অনালনা মাগী লানু চোমাই কমথ্রে । বাঙ্গান নিংথৌগী লানু চোমাই অদো পম্থোংদা উগী শেঙ্গমদা থেংহুনা থনগ্রে । নুমিৎ ১৫নি হৌথ্রে । অনালনগা লম হেনবনে নবা ওইবিবা মশানৌ ইবুংঙোবু অকনবা পাওদাক্লা থিংহৌদবনে মাসিদা সনা যাইকোম্লংদা লৈবা ঙম্লক ত্রহুনা মুংযাংঙম্বা নিংথৌনা মনাও ইবুংঙোগী মার খোঙ্গুন লীরক্লে । অনাল খুন যৌরক্লবদা পম্থোংদা মনাওগী লানু চোমাই থেৎপত্থু উরক্লে লানু চোমাইদু কোল্লহুনা নিংথৌনা হিকপলোম্না তেংথাখি.- “শানৌ ইবুংঙো । ইযাম্বনা খাম্ববু চীংঙুগী নোংদম্না কনখিবনা য়াখিদে । ঙসি কোবৌ শুমিত্তা ইনাওনা পামেন উথক্তা লৈরম্ল বনিনা শিঙেঙল লৈরাং ওইরো ইবুংঙো । ইনাওগী শম্লাংনা লৈরাংগী মমা ওহরসনু, ইনাও়া না অনিমা লৈরাংগী লৈজা

ওইলনু। শিঙেওল অসিগী মও তারকপনা অখোমচীং মাল্লসনু লৈয়াংগী লৈয়াইদনা মনিগী মওং মাল্লা খাম্লসনু ইবুংঙো। লৈয়াংগী লৈখোক্লা থুখোম মতা কবা মাল্লসনু। ইয়াম্বনা শানৌ নংগী নমি খোল্লকপদা নোংমদোন লৈচিন খোংলোন ৯ তাংলগা য়েংউকো। মেন কাবা নিংথৌগী মনাওনি খ নবা মেমৈ চীংওু লাইনা পীবা সনা ঈনি হাইদুনা লাইস্না ( পোইরৈ তাদা লৈস্না ), শিংডওল চম্না পাল্লি নুংজম্পান অমসু, লমদম তাম্না ইথাম্বনা নংগী মার খোঙ্গুন লীরক্নুনা তাম্না কংলৈ ইথাম্বনা নুংশিনা মিং থোংত্র হাইদুনা কদাম্বা লৈনুংশি কৌগে।' অসুম তৌনা নিংথৌনা শিংগওল অসিগী মিং থোনখি হাইযে ইনিংথৌ।

মপু সনা পুক্রিং খনবিখি "লৈশং খেকবাইবা, শম্বিরৈ অমসু যেকমলৈনচিংবা অসিদি তয়ুম দ লোইনা খংলম্লগনি। তয়ুম অসিদি ইদাইরেম পুবেম্বনা তাইবং মালং পানবদা কুম্লক্নুনা নিংথৌ ঐগী হাম্নগী শযে পাম্বোম ওইবগুম ওইগে হাইদুনা লাক্লবোইরে। কেগেদা মোইরাংদা ইনাইগুম্বা লৈরম্মোই। নিংথৌ ঐনা ইচা ইম্মাক ওইনিংখ্রেদা— শানৌনদি পোকই হাইববু লাংলেন ইচা থোইবীসি তয়ুম অসিদা পীরবদি মতিক চাইদা। ইদাইরেম পুরেম্বগী লৈথেংকম খংত্রা যেংগে।" সনা পুক্রিং অসুম্না খনবিদুনা শকাযং মিংশেল মাংদা থারগা—

নিংথৌ— তয়ুম অচানবা! নিংথৌ ঐগী সনকপ্পা কোক থোন্দা শিংডেওল লৈরাং লৈচা ৯ ফাংবদু থেংলো কাও। ইদাইরেমগী খুংকম খংত্রা য়েংগে।

সনা যাথং কংলবদা খম্বনা নোংমদোন কোবৌ থক্তা য়ে খৎলগা পন্থৌ মপাবু খুকম্লে। শিংভেঙল লৈরাং পাইখৎলগ সনা নাক্তা নক্তা চংহুনা হেক থেৎকদবদা ইনুংগী স্বর যৈগত্রা হাইদুনা খুমন পুক্নিং খনবদো চীংঙুগী কাইদোং ওইবা নিংথৌনা উরহুনা সনা যাথং তাকপিরকই "তথুম কবিগী কিবগে? নিংথৌ ঐগী যাথং লৈবকনা অথোনবা লোত।" খং। কেকাশাদ লে অহু থেৎলকপদা মপা ইবুংঙো পুরেম্বনা থেবা লোথেৎকম চপ চানা থোকখ্রে।

নিংথৌ— (খুমনবু চিংন 'চংনথেলগা) তথুম। পন্থৌ নপা ইদাইবেম্না পুসদবদ নোযাই নং পোকপননিদনা। তথুম নংদি ইদাইবেমগী পামে। উকু হুবগুম হুহৌবে লযুগী তুঙ্গা খোকপগুম খোকহৌবে। তথুম অচানবা। নিংথৌ ঐগী সনা কেকাথান ফংজরো, সনরিক ঙাঙ্গোই ফংজরো। (সনা খুৎনা পীবিখি।) ইপু চাওবা থোংলেন আনশক! ইদাইরেমগী শিংভেঙল অসি পযা চেপশি পোলা দা হাপ্পদা ইদাইরেমগী লৈরাংনা হেল্লি। ইদাইরেমগী শিংভেঙল স নিংথৌ ঐগী কাপ ৯ পাকপা পুখমদা হাপহল্লু। নিংথৌ ঐনা লগা পুখমগা শিন্নরবনি। (সনা ক্বাগোক নুংদগী লকি খুদপ পীবিরে।)

নিংথৌদা কৎপা লোইরগা ইন্দ্রাণী থোযা লৈমদা শিংভেঙল কৎলক্লে। ইন্দ্রাণীনা খম্বদা লনাং খুল্লক পীবি মুতোক কাই দনা খম্বগী শমাজন মখোংদা ফৈজ্রং খংজিন পীবিখি। পুখমদা মৈম্লে হাপ্পগী মঙাম্লে সনকপ্পা ফুরিংকী মঙাম্লে লমথাং খুল্লকী

মঙাম্নে অমস্থু, খম্বগী মশক্কে উবদা লৈবাক্না ইপেন পেন্নখি। মতু'দা নোংযাঙ্ক খম্বনা চীংখুখু বাঙ্গোন নিংথৌদা শিঙেঙল কৎলক্কে।

বা'ঙ্গান নংথৌ— ( খনবা তথুনা পীবা লৈবা গা যাম্বু, ইবু ঙোন। পীবা মনাগা যেংলুববদি ঐনা পীগ'দৌবিবসি'দি ইনাইগী শিঙেঙলনা হেল্ল। ঐ।। নমদা ইল্লিবা চ'ব অসিদি ইনাইদা পীবদা মাতক চাদে। নুংদা ইল্লিবা চৈব অসদি লাংলেন ইচাগীনি তয়ুমদা পীথ্রগা লাংলেন ইচানা করি হাইগবা। ( 'চংনবা অসি লৈ'ম্রনগী মিয়েল ওইবী মচা ইবেমনা উবহুনা মবুধৌ থাংজিং খুকমজবকই — "ইবুধৌ থাংজিং কোইরেল লাই। থোইবী ঐগী চবৈ অসে ইপা ইং'ঙানা মাঙ্গদা কুপ্লিরবদি লৈপুল ওইবে খংজগে। ওল্লকপা কুমজা হবাওবদা খামেন চৎপা লৈনা চনবা ফিবান কৎচগে।' ) ব্রা থোক্কে থোক্লসনু নাইপুংঙকী মমল ওইববসু 'শংলগনি। (মচা ইবেমগী পশোৎ ঙ্কি অহ্ন নোংযাই খম্বগী নমদা কুপ্লিখি, লকি খুদপ পীবিখি।) ননিং থুংদ বারৌগনু তযুম।

থোইবী পোকপী তম্পাক লৈমদস্থু খম্বনা শিঙেঙল কৎখি ফিশক নাইবা পীবিরকই। মতুংদা মমান চাওবগা মপা থোংলেনগা হজ্ঞিন্দুনা ফম্ফম লাংদা ফমথ্রে। খম্বনা মপা মমান অনিগী লৈহুন তমখি। অঙম্বা পুম্নমক লৈ কৎপা থুংথ্রে লৈমরোন মখৈস্থু থুংথ্রে। পুম্নমক নুংঙাইবগা লোইননা লৈগা ফিগা শিন্নখি।

নোংঙ্গাই খম্বনা মবাই কৈয়োইজাম্বগা লোইননা মচা ইবেমা খোইবীদা লৈ লাংবা চংলকই। খম্বনা মাং থানা চংলকপা অহু উবদা খোইবীনা "ওসি কোয়ৌ নুমিত্তি অপাম্বদা পামদবা শাগে পামদবদা অপাম্বা শাগে" খন্দুনা মমাই লৈথোকই*। লৈথোকপা মপাদা নোংযাই খম্বনা চংই। অম্সুম্না অমুক অনিরক তৌরকপা অহু উবদা অঙোম নোংবান কোযাম্বনা হরাওরহুনা মনাই শৌরা যেংলগা হাইবকই —"শৌরা! যেংউ। নবেমনা ঐবু নিংবসি কয়া যাম্না নিংইবা। খঙরিনিনা শৌবা। লাইরবা মচা ইকাইদেদা। য়াদ্রে হাইরবদ হেক মক তোকউ।' নোং বাম্না অসোমদা হরাওরি। সোমদা খম্বনা শাওরহুনা মমাই লৈথোক্লুনা শিঙেঙল লৈহুন তম্লকই। মবেমগী পুক্নিং খংবী মনাই শেনুনা লৈ মাম্না হৎলবা মু করংনা শাবা চবৈ তকক খম্বদা পীখি। মতুংদা খম্বনা নিংথৌ নাই শৈমনাই পুম্বা শুনা লৈ যেনখি। শৈবাক্কী লৈহুন তম্বা লোইখ্রে। লোইনমক্না খম্বদা চয়ৈ অমমম পীরকই।

---

* চীংঙু থাংজিংগী শিঙেঙল পীবদা খোইবীনা মমাই ওনশিন্নমগী পাক্ক কা য়োম্বদা মরা লৈখৈ হানা থুহনগে হাইনা চীংঙুনা খনখি।

## তথা নিথোইশুবা পন্দুপ।

## লাইহৌ।

—(*)—

মোইবাং নিংথৌন ২৫° মৌযাংথাং ২৫° নোঙ্গনবগীদমক লাইমাংদা থোবক্লে। পু শেল পেনা খোংবা অমসুং বাশি খোবা তুমা বামা জগোই শাখি। মাইবীনা লাংথৈ খুরক্তা চপতুনা যাইবীগী লা থাবগী জগোই শাখি। লা থাবদি থবাই গোকপনি। অহৌবদা হোয হোয হযা, হযা লাইরেম্না কোবে থিংকোরে, কাকযেন খুজিন চনবে হাইনা লৈগী নোংগী শাবগী হোয় লাওই। হং হে হয়ানকেদা। হরি হে হযানশেদা। হং মৈনা বাইনা তাংনা শম মৈদিংঙুনা, লোযুম্বনা, পাওরৌ-বেম্মো, অঙৌবা, হাওখৈবও লাম্বা, লাইরোইনবা মনিম নাইবদা কোর্কানবু ফালংবরু নাকপবু শারেন তাবরু শাথে তাবরু শামু কানবু লেম্লৈ তানবু, ঙাখোক কামবু অমসুং যাওইবরু পীযু হাইবরু পীদবাগী হৌনখি। পন্দেমগীদি লুখু পিচাও, নরোই থেংও হাকু থেংও, হাকু তাক্তরিবদি মপুং তাক্তরিবদি নরাল্লকনো, ওস্থোল্লকনো, হলরাইবকনো। লাইরেল ঐহু ইদাইবেম্মা লৈহৌপুনা, মরম পুনা, চৈরৈ লোইবু, ফিবান লোইবু, কিরাক লোইবু তোমশা লোইবু তাওবা লোইবু, হুইবা লোইবু, কাইরৈ লোইবু, যেম্বা লোইবু লোই হাইরুবদা ১° পীদবগী

চাপী ওমদবগী, লাইজ পীদবগী, ইরোই খেংগী, মলোই খেংগী লোয়বী ভাক্তরি। ঈশিং শোই অভৌবা লুপতি লুপলেন লুপলে, অকোং লুপতি কোংজ লুপলে। লৈচোন লাকপা তোলোং খোম্বনা লুপশাং চীংয়ৈ চীংজকপনে খাইজরূপনে লুপ তকক মক্কা লাইদা, শেক্তা খাদা লাম্বা যাইদা, খাদা শেকমু লাইদা শেকমু খাদা পম্বেং চকপা চরৈ যাগা চরৈ খেঞ্জ খেঞ্জং চৎপা তাওবু অংগ্রেন তাওবু য়োইবু থৌরৈ হুযেন মুৎলে। নাইগা লোইগা মকোম্নে, মকোম্বোক্কী কোম্লো।

লাইবৌ।

— (* —

খাবী মাইবীনা মাং থারক্লে। অমাইবগা লোইনহুনা পেনা খোংবনা পেনা থাদা কোল্লহুনা লাইগী লাইপুংদা মাইবীগী হৈনা তুং ইল্লক্লে চীংঙুগী কোলোয়গা খোংথাংগা মালেমগী লৈরোম্নে থক্কী নুংলোম্নে চীংঙুগী পাওদাক মতুংইন্না শাগৎলক্লে। চীংঙু লাইও থাংজিং লাই। হরিগী কোলোয় পুহুনা কংলৈদগী লাক্লগা থা হু ভাংচোই চীংদগী খাম্বি মৈক্রেং অরাবা ওইহুনা মদোম খুনফাওরকপা চীংঙু মাগী লাইকাওবা য়াতাকম, য়াহিপকম অমস্তুং যাখোককম, চীংঙু মাগী পাওদাক পীহুন মোইরাং লৈবাক লৈকোইপুংগী কোলোয মিংখোনবা, লাই নোংশাবগী পাওদাকপা অমস্তুং অয়াং লৈমবু তালোই শীংদা চনবা মাগী কোলোয় মিং

শক্কুনা হরিনা শৈহৌ ওইরগা অযা লৈমা পাওথেম্বনা ইশৈগী শৈরোই ওই। লৈবাক মনিন নাইদনা নিংথৌ নুংশাংনা প্লান্নবা হাইত্নুনা থাবীনা লাইগী পাওদাক শক্কুনা জগোইগী খুৎথেক শাগ্রে।

লাইবৌ জগোই শাব লোইরক্লবদা মোইরাংগী নিঙোনগা পাখংগা মৌগা পিবাগা জগোইগী খুৎথেক কৎখি। নিংথৌনা হান্না শাখি। মতু দা রাঙ্গোন নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌ পুন্নমক চীংঙু থাংজিংগী লাইমাংদা জগোই খুৎথেক কৎখি। খুৎকি খুৎচা ১ নি লাইগী লোনচৎ ১ নি। লৈগী খুৎচানা সিনি, নোংলোনগী খুৎচানা সিনি। নিংথৌগী লৈবাক্কী পুন্সি মুংশাংনবা খুৎচা চাকনী ফিনীগী খুৎচা অমসুং লোই নাইফংন নবগী খুৎচা খুৎচা অসিনা হাল্লগা অসিন্নি হাইবা মবম খংনা শাখি। অসুম্না শাবকলবদা চাওবা নোংথোম্বনা মপু সনা মাংদা চংলকই।

নিংথৌ— ইপু নোংথান।

চাওবা— ইনি থৌ।

নিংথৌ— চাওবা।

চাওবা— পুরিৎলাই।

নিংথৌ— পুথ্রম্বা!

চাওবা— লৈনিংথৌ।

নিংথৌ— ইপু কবি হাইনিংই?

চাওবা— ঐবু লোইবা লৈমাবা। অয়োনবদা ভাকপিয়ু।

লৈখিবা অসিদা পাবোং নাইনা নবুথৌ থাংজিংদা জগোই কংনিংই, ইনিংথৌ।

নিংথৌ— ইপু ননিং তৌ।

সনা যাথং মতুং ইন্না কৈরেং ইজাম্বগা থমন্থু পোংজম্বীগা জগোই শাথ্রে, নোংবানগা তালোই ৫ গস্থু জগোই খুৎথেক শাথ্রে। চাওবা অমুক সনা মাংদা চংলকই।

চাওবা— ইনিংথৌ। ননাই ইচাগা ইমোগা জগোই শাথ্রে। পারি নোংবানগা ইমো ৫ গস্থু জগোই খুৎথেক শাথ্রে। জগোই শুনা খুৎথেক কৎলক্লবদা ননাইনা হঙ্গৎপদি কিজরে লৈকোই মপু।

নিংথৌ— ইপু কবিনী কিগনি? নাং থুংনা হাইযু।

চাওবা— হুজক হেবমগী মনুংদা ননাই ইঙ্গাক লোয়েমদা নমোম লাংলেন ইবেমা অনসি মঙাইবে ইনিংথৌ।

নিংথৌ— ইপু নিংথৌ ঐদি পাম্লেদা। লাংলেন ইচাগা নঙ্গাক্কা ইবুংবো থাংজিং লাইমাংদা ওইগা যেৎকা লেপতুনা জগোইগী খুৎথেক হাপ্লকপদা নিংথৌ ঐগী মিৎযেং তানিংই। অত্থুমকপু শানৌ বাঙ্গোন নিংথৌগী মপাও লৌখিসি।

চাওবনা বাঙ্গোন নিংথৌদা হঙ্গৎখি।

বাঙ্গোন নিংথৌ— ইপু! যাম্বুং সনা যাথ মংইন্না ঐনা হেন্না পামই। অত্থুন্নদি ওইরবদা লাংলেন ইচাদি মথক্তা মচেম শাৎতবা মখাদা মন্নাও ফুইদবনিনা মোইরাংদা মনিং তৌনা লৈদো ইপু। অত্থুনা মঙ্গাল ইবেমা ইন্দ্রাণীনচিংবদা

হৌখ্রবনু, থোইবী পোকপী মমানচিংবদা তাকনু।

চাওবনা ৱাঙ্গোম নিংথৌগী সনা যাথং মতুংইন্না হৌদংলি লোইনা হয়াতই। থোইবী পোকপী মমা তম্পাকলৈমনা ইন্দ্রাণীনা লোইননা লাংলেন মচানা পাওহংলে। থোইবী কেনা পাওখুমই। মপুক্কী দন। মখুথৌ থাংজিং লাইমাংদগী খযোম্মি লৈপুলানি হাই-বসি চীংডু থাংজিংমা খহৌরসনু খন্নি, মপাঙ্খোংদনা পাওখুম লৌখ্রি। ইন্দ্রাণীনা অমদি থোইবী পোকপী মমানা মতাম্গী নিংজিবা অদু উৎহনা হাইরকই — "থিজবু থিরে লাংলেম।" অসি হাইদুনা মচা ইবেমগী কুম্মিন্নচিংবা পূন্নমক শেম শাবা লোইখ্রে। সনা খুজি য়েং ওই শিঙ্গিন্নে। সনাগী কিয়াং লিকফানা থবাক্তা লমঙান ওইরে। সনাগী ঙৈরেংনা কোকনা ওইরে। ৱাহোং মচু তরেং থেংচিল্লে। চুকাঙী সনাগী চৈরোংনা নাপ ইঙান ভাল্লে। খুদোম তাং য়েংবদা চৈহাও অপোম্বা মানবী মখুং মচা তন্নামক্তা সনাগী খুদোপ অক্তা থিমবনা ইকং লাংই।

থোইবীগী চরৈ শেম্বা উবদা অসোমদা মপা শকপা থোংলেন, মমান চাওবা অমম্তুং মবাই কৈমোইজাম্বা অহুম্না খনবী চরৈ শেমখ্রে।

মনাই শেন্দুনা মাংদা থা ইন্দ্রাণীমচিংবী মম্মা ১১না য়োমচুনা মচা ইবেমা থোইবীনা থাংজিং লাইগী লাইমাংদা নোকপা থোক্লক্লে। খমস্থু মপা মকু অমম্তু, মখাইনা য়োমচুনা লাইখাং লৌখ্রে। খম্বনা মেৎতা থোইবীনা ওইদা লেপলে। নিংথৌমচিংবনা

খাগেম্বগী কৈমা৲দা ময়া৲ঙম্বগী কেনিংদা থবী অনি থোক পঙুম নুমিৎ অনি পানবঙুম নি৲থি হাইনা নি৲নৈ, লৈবাম্না ঙাকৈ। মপু সনা পুক্সি৲ পেনবিগ্রে। সনা যাথ৲ মতু৲ ইন্না মচা ইবেমনা জগোই শাবদা পু৲য়ৈব। ৭, শেন্দ যৈবা ৪ শেম্বু৲ য়ৈবা ৪ পেনা খো৲বা ১১, অমম্বু৲ বাশি খো বা ১১ খো৲ গৎলক্লে। তাইব৲ পোকপা জগো৲ই, থবাই ৫ কৌবা জ গাই, হামচৎনদনবা শাবা জগোই খোম্লা৲ পীনবা জগোই তাইব৲ নো৲দমখোন ফননবা জগোই লশঙেঙল চবৈ হো৲ননবা জগোই ১০ চঙন তম্বা জগোই পুন্সি নু শা৲না পাম্লনবা জগো৲ই, মালেম পাক্লা চাওনা পাম্লনবা জগোই চী৲বুরোই তম্বু রাই লোই চম্লনবা জগোই মরিশিৎনা শাবা জগোই মকাবাম্না শাননবা জগোই, নোইচু নশেন নোইচু শানবা জগোই (মতম চানা নো৲ চুননবা) হায় চঙা শাবা জগোই, ঙ্রাখা খার৲বীন শাবা জগো৲ই মালেম ক্ষোম্না শাবা জগোই, ঙারাক ঙাথিন ফানা শাবা জ গাই, লৈবু হোম্না শাবা জগোই নো৲বু নাওনা শাবা জগোই, লৈগা চে৲গা নোইনা শাবা জগো৲ই ব্লোমুপিকা নোইনা শাবা জগো৲ই লৈকাবগী নোঙাবগী জগোই খুদোম্না, খুৎয়াহনা, খু৲ম্ন৲থৌনা, খুম্নাওবীনা অমম্বু৲ খুবীনা হৌনা শাবা জগোই পুম্নমক শাখি।

চী৲ঙ৲ থা৲জি৲ কোইবেল লাই নো৲দম লাইগী মপারি থাংজি৲ লৈমা চী৲ঙ৲ অনিগী কোলোযনা লাইবৌ হৌনা শারগা ঈনামুংদা থেমজবা জগোই মালেম থুনশেম্বিরকপা চী ঙ৲ লাইগী লাইমা৲দা মাইবীনা শাখি। মৈনা হাইনা তা৲না শম্না চীংঙ৲

নথৌজান্না, লোযবী নিংথৌ লোয়ুম্বনা পাওগৌ লেপ্লো, অঙৌবও হাওখৈবও লাম্থাবও নাইরোই নাইবা মনিন নাইবা কোর্কানবু ফাল ববু নাকপবু শারেন তাববু শারৈ তাববু যাল্লবদি শাথেক কানবু, লেপ্লৈ তাববু ঈথি তাববু ঙাটৈ তাববু, ঙাথোক কানবু নানৈববু অমসু যাওইববু পীযা হুইববু পীদগ্নাগী হৌনখিয়ে।

অঙৌবা শগোল তোববা ?

নিংথৌবলগী লাঙ্গোইনি, লাঙ্গোই মান তানবদা
গে গে লাওবা লাঙ্গোইনি মালংবা লাঙ্গোইও।
ঈচিগীদি খন্নাংপানশাবও নুংখুপীচাও
নবোই থে ও হাকু থেংও হাকু তাক্তুরিবদি মপুং কাদরি—
নাবাল্লক্কনা ওহোক্ক না নচিংলক্কনো, হলবাইবক্কনো।
লাইরেল ঐসু ইদাইবেম্না লৈহৌপুনা মরম পুনা
চরৈ লোইবু, ফিবান লোইবু ফিবাক লোইবু তোমশা লোইবু
তাওবা লোইবু হুইবা লোইবু কাইবৈ লোইবু
লেম্বা লোইবু লোই হাইকবদা ১০ পীদবগী চাপী
ঙ দবদগী যুবী থকঙমদবদগী ইরোই থেংগে
মলোইযে। থে গে লোযবী তাকলিবদি মপুং
তাক্তুরিবদি অঙৌবা লুপলেন কোন্দ্দ কোংজরুপলে।
তযুম থৌগা, লাইফং থৌগা মীপাকপগা অথৌবগা
লাঙ্গোনবগা হাওবৈ পাংবা লমদা খানা পাংবা
লমদা লাংদেম সাংবু লৌমম লাংবু মংলেম
য়াংবু চোংদেন য়াংবু ঙমলোইনা নাতৈননা

লোয়রকী কান্না চীংদা কান্নপে ।
হুয়েন লাকপা মুথলে । লাংদেন নিংথৌ যাক্তাবরু
হংচি রাইনা কোন্নরক্কে মকোক্তোক্কী কোন্নো ।
চীঙগু নংনা পোইরৈ থৌগা খুনগা থৌগা তম্মম থৌগা,
নাইফং থৌগা অখম্বগা মীপাকপগা অথৌবগা
লাঙ্গোনবিরো । চীলেম্বদা নাপোম্বদা, খাইথবদা
মৈরাওবদা চীশাং থম্না নাকপক থম্না খুদিন
পুদা খোযুম লাইনা শেম্বিবো । পুখং তৈনা
খুবাক যৈনা পুদো যৈনা, মবাক কাপ্পা পোকলেন
নাইনা পালহনবিবো ।

হোইরৌ—

হযা হযা হযা । শো শো শো । ইংশো ইংশো ই শো ।
হে হুপ হে হে হে । খেনচবে খেনচো বাংমৈ খেনচরে ।
পচি চিবা চিচিবো খেঙ্গো মখেঙ্গো ।
খুযোল্লো লৈখোই কাইমো মোবিও মৈরাম্বী ।
চেংখোই লিক্লা রাইবখু কোকাই মোইদা অগা ঙাহিদা ।
থাংমে অচোঙা থোইদিংও মকেরে কবোকও মকারাম ।
হঙ্গাম মুবা লীও লীও । ইপুরোই চনিংলোই লকা ইকা
খোং থিল্লোই ।
খোইনিংও তুথয়ো পাবা ঐনা থুঙ্গগে ।
হে নারা নশস্তোন লিকখা খাও । কাকয়েন খুজিন চং চং ।
শগোল তোংবা কাইরম্বা নংবু স্তোংবা যাংদেকা ।

লম পানা খোঙলানী মংবু শাইলা জাগোলা।
ইমি, ইমাং হুম্না ঙোনা থিংলকাগে।
থি, কমা, মৈথিংকাগে। হুক্লো কোওরো।

লাইরেল পাওশা—

হে হৌ হৌ। নে নে নে।
নাহা শিংখোই পোংখুখোই, হৈয়া লিংখোই খোই।
ইতাখোই মুরাখোই হৌনসে হৌনসে॥
য়োইবু রাঙম শুমাংদা শিংয়েনা মপান শাগেদা।
শিন্নৌনা ময়াই কারেদা। লাংলাই শুম্বী নোয়াই চবি
বাযেনবা। কদাই তাগবা। শিংয়েনা মপান শাগেদা।
সনা কৈথেল নিংথৌ তৌসু নুংপাক রায়েনবা।
কদাই তাগব। নোংপোক লৈশা ওন্দগী য়োইবু
রাঙম শুমাংদা তারবো তারবো।
অঙৌবা হে হে লাইরেমা। হে কাম্মলেং কাম্মাশে।
অঙৌবা খোইমা তারেংগা হৌনসে।
হে কংদা লৈহৌবা হৌনসে। লীরী পাওথেম্বা
লীরী খুবীশুনা, লীরী কোরোং শুনা লীরী
খুবোম রাইনা, লীরী হংজি রাইনা, লীরী
শানা রাইনা লীরী লাংজৈ রাইনা, লীরী
শারেন লাম্বা, লীরী য়েংওই লাম্বা লীরী
লাংশা, কুমশ, লাকমা তোনবা খা
লৈমহৌ মাঙা অকুবা অকুবীসে,

পীমাবোইবী পীজাশো লীরী খুনপি লীখুম
হে হৌ'রি লীখুম খুম শি'জ্রেনা মপান শা'রেদা।
নি থৌ খুৎচা মুবারে। থেঙ্গু নম্বোন নোঙ্গৈ নোঙ্গৈ
হবাই থা'পাক মথা'পাক চো'বী লোয়া ম রাই যা
লমলোই খ'রোই খজিকযে। খাজে খাজম চম চম।
হুইবী যেপলে মযেপশে। যেম্বী যেপলে ময়েপশে।
লোকশে মরোকশে।
করি শানো ? য়া'কোক শানি। কনানা ফাই য়াম্বনা ফাই।
লুক লুক খাও লুক লুক। ফদি ফোংশি মফোংশি।
য়েত্তুম হাঞ্জন মহঞ্জিন। হে নারা নখুঞ্জা।

## হিজিং হিরাও।

হবি হরি হরি হরি হযা হযা হযা। চীঙু খোযুম লাইনি'থৌ খোযুম যাইবীরেল। যেলহৌডৈগী অমম লৈশা হাপ্লকপা যাইবী ওথি হুমোইনা খেরে নোঙ্গোন তকুপহৌ, পুইদি নো'থা' তর'লেনগী তব' লাইঙ্গ ঈ পোকপা চীঙু নিন্দাও তাওবী ঈরোইনাই লাইরেল তাওরোইনাই নু'মুশিদবা নুঙ্গা' মাহারাবা, যাইবী নু'ঙৌও পিমাবা চীঙু কোরৌ অয়েংবা, রাংবা নি'থৌ পাঞ্জুম্বা হকপা মপানগী হারা মউগী মিশেকমো' কাইবী মহুমনু'গী পরি লা'শ' হুন, উকাক মাইথো' যাম্না মালেম লৈশেম্লকপা অমস্থং কোঁরৌ নো'হৌরকপা" ইবুংঙো।

কোরৌ নো মাদান পাখ্ৰ কোন্দা মাশাং নুংশিং শিদবনা তো লেন তপ্পা শিংপদা চীংঙু যারা নাখাঞ্জেন লাংবন খোংমু খোমদাম্নবনা খোঞ্জেন উঁ মযেক থোক্লা নপোক খোইবা যাল্লকপা নগা নশানৌ খোইমেন লাইহৌমা যোইবু খুল্লেমা লমগু চাওবীগা চীংঙু নতৈ ননাওনা নু মৎ আন থোকপগুম থবা অনি পানবগুম মীরাই মরা চংঙমদবা পোংলাই মবা যৌঙমদবা চীংঙু ফম্বান লাংদা ফম্ফম্নবা অসিদা নদাইবেম্না নথুন খুনবুক অচংবা অসিনা খুন্থক মরাং হৌবহুনা খুনখা মনিন নাইবহুনা তিঞ্জা লাইজ্জা ফত্তবা তীনমু লাইমু যত্তববু থৈবিরম্মু হাইবগী চীংঙু নংবু হবাও শকশেম্বা মখে পুংদোই লেপ্পা শংদং কক্কে হাইবক্লে। লাইবেল মদাইরেম পোইরৈ শৈশকপা বাংঙম তেংথাবনা অযুক যেন্দা মাং অঙনবদা লফুৎ ফমজিন লাংবু ফম পেনা নু ঙানববু পেনা থাদা পম চেজিং যেৎতা পাইরহুনা 'চীংঙু ইবুংঙো হৌবো হৌবা হাইনা ইনুং চীংখাং থাকা কৈবদ চীংঙু থৌদান লোমগে। চীংঙু নংগী নমাইবা খাবী লৈবেনহন অমাই শীংকোক ফম্বী শিঙেঙল সৈহুন লাই চামলৌ লাথাবোইনা

অযুক যেন্দা নাং অঙাবদা চবৈ ফিডৌ শেং চংবী লারাক ফম শরিক লাইহুই খুৎতা পাইবহুনা চীংঙু উদবা নপা লাক্লা খোযুম খংদবা নমি তম্না চীংঙু লাইবাও চেন খোযুম লাইরা হাইবদি চীংঙু নরম্মু খোয়ুম নমাইবা নুমিদাং তাংলৌ লৈনা থেং অমম তোনবা নারন শি মীযন লাবনা কোন্থি তম মীনাই তনবনা মুমজং তনবু ফংলক্লবা অসিদা ঔগ্রী রাকমা খোলোন

চেং কোরৌ শোংনা ক্যাইরবস্ নোংদা ইশৈ মাঙেম লৈনা কাইরবস্ লৈতাই ইশৈ ঙৌগ্রী খোংলোন খোক খোঙ্গাং পাওনা লাইবু মখোম লোন্নরুনা অসিদা চীংঙ্ খোয়ুম নটে ননাওনা মায়াইগে অমি শাক্তিকা তোংজে অনি ফাংননা রাকয়ৈ হিদায়গে হাইরম্বে। চীংঙ খোয়ুম লাইনিংথৌ ইবুংঙো।

## খোংজোম্বা হোয় লাওবা।

খম্বগা থোইবীগনা চীঙ্ হিরম কাইদনা জগোয়ই শারকপা অত্তু উবদা চীংঙ্ থাংজিং লাইগী লাইমাংদা খোংজোম্বা হোয় লাওখৎলম্ব্রে—"ইচাগা ইবেমগা। * নুংঙাইতেদা খোংলৈ অসে। ইচাগা ম্নাইবেমগা। নুংঙাইতেদা খোংলৈ।

মাসি থৌরকপা মতমদা মখা তারকদবসি কেগে চাওবা পাইমা লোৌশং চাওবনা উরদুনা থোংলেনগী মনাক্তা চংলক্লগা হাইরকই:— "ইতাওবো। সনা মা নি।"

নিংথৌ— ইপু চাওবা নোংথোন।

চাওবা— লৈকোই মপু।

নিংথৌ— পুরম্বা।

চাওবা— পুরিৎলাই।

---

*মাংজামদদি ইচাগা ইমৌগা হাইবনা হায়রি।

নিংথৌ— ইপু। ইপু থোংলেনগী মনিং তৌজসনু।

থেংলেন— (শাগ্রিবা জগোইগা থেকগ্রিবা খুৎথেক্কা থাংগ্রিবা খোংথাংগা চীঙ্‌ু হিরম কাইদবা অদু উরকপদা) ইচাগা ইমৌগা। নুংঙাইবেদা। ঙসাই মখৈদি ইচা চাদে হন্দক্তি চাবে। পাবি ইবুংঙো নোংযাই। ইচাগা ইমৌগা। শাগৎলোদা নোংযাই। পারি ইবু ঙো তোম্পোক। খোংনা শাবা জগোইনা লেতাই জগোই কৌইদো। খুৎনা শাবা জগোইনা নোংমদোন জগোই কৌইদো। যেৎনা শাবা জগোইনা যেৎত্রৈ জগোই কৌই দা। ওইনা শাবা জগোইনা ওইত্রৈ জগোই কৌইদো। ইচাগা ইমৌগা। শাগৎলোদ নোংযাই ইপানা যেংবদা পেল্লে। নংবু পোকপা পম্বৌনা পলেম নমা ইবেমনা নোংমদোন কোয়ৌ থক্তুনী লৈচিন থো লোন হাইদোক্তুনা নবুধৌ থাংজিং লাইমাংদা ইচানা শাবা জগোই, ইমৌনা শাবা জগোই যেংলসনু তোম্পোক। শাগৎলুদা নোংয়াই। ইপানা যেংবদা পেল্লে। পারি ইবুংঙো নোংযাই। খুবী উৎপা জগোইনা পিমান জগোই কৌবনি। খুদানবী উৎনা শাবনা হাজিং কাবা জগোইনি। খুৎথাই কাংনা শাবনা যাই চনবা জগোইনি। খুম্লিংথৌ কাংনা শাবনা লাইনিংথৌ লাইবেম্বীগীনি। খুন্নাওবীনা শাবনা চীঙ্‌ু লাইন জগোইনি। খোংনা শাবা জগোইদি লৈ তাইন জগোইনি। খুৎনা শাবা জগোইনা নোংমদোন কাবা জগোইন। কোকনে মিৎনে, পিশুমনে, ঙকনে থবাকনে, খ্বাংনে, শয়েংনে খুৎনে, খুৎচানে, খোংজেংনে, শকয়েংনে কৈনে, কৈগয়ে, খোংনে, খুজেংনে অমস্থুং

পুক্লিংনে পুন্না শাবা ঙগোইদি হুরিনা য়াথোকপা ঙগাই নি। হয়ানে, হয়েনে থোক্নমদাইদা শাবনি। চীওঙ্ পুথোকপদা ভরংদা হ য় স পুথোকপা নাওদিংগোনগী থক্কা খোইবু, চীংগী পান্দম লাক্কা কোঙ্গোন পীনবা শাবনি। ঈনামুংনে ঈকৌ-য়োয়ে, থাবোয়ে, লাইহুইনে, কমদেংনে, লৈতোবা লৌযানবা, মরুহনবা, মনবা, লোকপা লংবা, শুংবা হৌবা শাবা, ককপা লোইবা অমসুং থোনবা ঙগোইদি লংথরৈ পাইনা শাবা ঙগোইনি। মাইবনে মাইবীনে শাবনিদো পারিনা নোংযাই শাজৌবা। চাওঙ্না নোঙ্গইবদি চনা শেন্না নোঙ্গই। তরিনা নোঙ্গইব দ ৈমনা রাইনা নোঙ্গই, তাংনা শন্না নোঙ্গইববু কোঁরা তোন্দা নোঙ্গই, নোংমাই তোন্দা নোঙ্গই খোয়ুম পাক্তা নোঙ্গই লাইরৈবাক্তা নোঙ্গই, মুংনা, ক্যাওখন কোন্দা খোয়ুম লাইরৈবাক্তা চীওঙ্ নো কাই য়েন্দা কেয়ৌ লৈনা রাংনা নোঙ্গইয়ে নোংথৌ ভান্না নোঙ্গইযে। শোয়ায়েন্না নোঙ্গই। পারি ইবুংঙো থম্বা। থাকপা নিংথৌ লীহৈবা রাংবা নিংথৌ পাল্লবা, চীওঙ্ নিংথৌ য়োইরেম্বা নমু ফল্লম শীনবা শারুক লৌতম হুনবা লাইবক খেল্লাই ইবা ক্রা নো খোক্ত ফম্বা কুংলং য়াইবীরন শিদবা াইবী মখ নং থাবা পুলৈয়োম্বা চীওঙ্ পুলানা কাবা কোক মংবাবু ঙেরীবা খোমরোকপ হুলরাইবা চীওঙ্ নোংথৌ শোয়ারেল থাকপা নংথৌ লীহৈবা খোয়ুম লাইনিংথৌ খোয়ুম য়াইবী য়েলহৌডৈঙ্গী চীওঙ্ থবা লোনিংথৌ খোয়ুম কাগোক যোইরেম্বা চীওঙ্ লাক্লোই মপুনেং কাক্লোই তৌমা পানবা চায়া মরি পানবু কাক্লোই

খুনথনবা করৌ চৈথাকপদা রা বরা ত্তেলহৈ পাঙ্জুরা। চীং থংবনা (থাংজিং) নোঙ্গ। অতাম্বনা নোইবদ মশানৌগা নোঙ্গযে, সনা লৈমগা নোঙ্গযে কম্বান লেমগা নোঙ্গযে, কোরৌ নোংমদোন লৈমগা নোঙ্গযে খোযুম লাইরৈমগা কোরৌ লৈমগা নোঙ্গয়ে। পারি ইবুঙো নোংথাই। নোংথৌবেলগা নোঙ্গযে। শোরারেনগা নোঙ্গবদি মপারিগা নোঙ্গযে সনাহনগা নোঙ্গযে রাপিহনগা নোঙ্গযে। হে খোয়ুম লাই থৌ। চীংঙু হৈনা চাওবও পামেরা উচু হকপও খোয়ুম কোরৌহনবও খোয়ুম খোইবি থাবও, নাবা খোইশাং শংপা চীংনু লৈশং খেকবাইবা লৈরাং থযোম নানৌবা লাঙ্গোই তুখাই তোংবা মপারিগা নোঙ্গযে ঙাইরোইননা নোঙ্গযে। পারি ইবুঙো নোংথাই। চীংঙু লাই প থংহুদি খোযুম লাই নুরাহুগা সনা লৈমগা নোঙ্গযে। কম্বান লৈমগা নোঙ্গবদি চীংঙু লেংগা নোঙ্গযে নোংথৌ লেংগা নোঙ্গযে শোবারেলগা নোঙ্গযে। শোরাবেলগা নাঙ্গবদি চরৈ হোনা নোঙ্গযে ফিংগৌ শেংনা নোঙ্গযে। ফ ঙৌ শেংনা নোঙ্গবদি ১০ চাহুনা নোঙ্গযে ব লৈ তানা নোঙ্গযে চবৈ থরা নোঙ্গযে। ফিংগৌ থরা নোঙ্গবদ ফিজং হাইনা নোঙ্গযে রাংলেন থিরা নোঙ্গযে ৭ শংক যেনা নোঙ্গযে মোইবু থঙ্গামনা নোঙ্গয়ে, শংক নাদম থনা নোঙ্গযে সনা থাম্ন নোঙ্গযে চোংলেন থামা নোঙ্গযে। নোঙ্গবৰু লনা নিরা নোঙ্গযে। কুপত্তম কুপ্পা নোঙ্গবদি থাংলেন হাইনা নোঙ্গযে যোংথৌ ফানা নোঙ্গয়ে মঙাপ তম্মা নোঙ্গয়ে মালেম তম্মা নোঙ্গয়ে কোরৌ কুপাহুন

কুপ্পা নোঙ্গিযে রাংবন লংতুম লংনা নোঙ্গিযে কোয়ৌ নোংমদোন্দা নোঙ্গিযে চীংঙু মঙাইবোইগা নোঙ্গিযে খেযুম মহিশাংগা নোঙ্গিযে কোবৌ খুনফথোগা নোঙ্গিযে। চীঙু মাইগৈ ঙাকপা মাইগৈ শুংদাই ঙাকপা লৈবিং নোংলিংবগা চীংঙু শেমতুম শেম্বগা হুয়েন যাইবী মশেন মবি তামথো যাওনা নোংলৈ ঈবৈমা শেন মৈরি হানতোং যাওনা মাপ্লম লৈবি শুনা কোবৌ নোংলি চীবনা কাপতু হুইগা থাবনা চীঙু যোম্লোই হৌবনা অপোক চাদা বাওনা চাদা লাইহুই যাওনা অতো অবেবগা অশং অঙাংবগা কোয়ৌ তোন্না নোঙ্গিযে নোকোইবন্দা নোঙ্গিযে নুংনা যাইকোন্নুদ। নোঙ্গিযে খোম ত্রিন্না নোঙ্গিযে, লাইকুপ তিম্না নোঙ্গিযে লে তিম্ননা নোঙ্গিযে চীংঙু লেগা নোঙ্গিযে। থংবা নোনিংথৌতনা যাইদা লানা নোঙ্গিযে খোযুম কুপতুম কুপ্পা নোঙ্গিযে চীঙু ঙানতুম ঙান্ন। নোঙ্গিযে কেবৌ থৌনা নোঙ্গিযে। কোনখৈবনা নোঙ্গি অতাম্বনা নোঙ্গি শোংলেনবগা নোঙ্গি অথাকপগা নোঙ্গি নোমি চাওনবা নোঙ্গি, মম চাওনবা নোঙ্গি। মালেমপাক্নবা নোঙ্গিবক্লে। মরাপাক্নবা নোঙ্গি কোয়ৌ কুইনবা নোঙ্গি মযু কুইনবা নোঙ্গি। খোযুমথৌনা নোঙ্গি, লাইংথৌনা নোঙ্গি। শোবাবেন্না নোঙ্গিঙন্থ দ অহাং নোঙ্গিবু নোঙ্গি, পুক্ফা নোঙ্গিবু নোঙ্গিংম্মে। কোয়ৌ মথোংজিন্দগী বাংবন মবাকচিন্দগী মেলাং মিংনা উরক্লে, যায়ৌ তানবনা উবক্লে কুরাং তানবনা খংলক্লে। (হোযগী পন্দুপ শাংখিবন রাহৈ শম্লে।)

থো‌ংলেন্না হোয লাওবিউে অসিদা খম্বনা— চৌংঙু থাংজিং লাইও। থাহি ঙাংঙোই চৌংদগী মদোম খুনশেম্বিরকপা লাইও। মোইরাং লৈকোইবুংবু খৈনা যাংকোক মকোইগুম খুন শেম্বিবকপনি। ননাইনা জগোইগী খুৎথেক কৎচবদি পাগী পারেপ পীনবীবু পুগী পুংবেপ পীনবিয়ু।

থোইবী— যেত্তা লংলা থম্লগা যেৎনা বাওবী ওইদা লংলা থম্লগা ওইনা বাওবী নোংলেন্না মরাং হৌবী মচু তরেৎ শুবী তাইব, পাওদাক পীবী নোংলেন লৈ তূনা য়াতাবী খোয়মগী নমুগী খুজি পাইবী লৈশিন্নবু শিৎলগা লৈপুন ওইবী লৈথোক্লবু শিৎলগা লেংথাকপী যেৎনা লৈবা পরৈবু ওইনা হন্দোকপী ওইনা লেবা পরৈবু যেৎনা হন্দোকপী খোইমোম লাইরেমা। ইবুধৌ থাংজিং কোইরেল লাই নগুনা জগোই খুৎথেক কৎচবা নগুনা লেপুন নিজরি।

মোইরাং লৈবাক অপুম্বা খম্বা থোইবীগী জগোই যেংবদা মমিৎ কুপখিদ্রে, মযা কানখ্রে। চৌংঙু থাজিং থাজিং লৈমা অমসুং খোয়ুম লাইযাম য়াওখ্রে। থোংলেন্না লাইগী পাওদাক কাইদনা হৌবী চুম্না হোয লাওবা তাবিদা হাও মখৈসু হোয় লাওবাক্ল— "হোযে হোয়ে মৈন গায়ে মৈন গায়ে রামাই শৈজ রামাই শৈজ রাম থাও থা।' কবোনা— "ওকাদা ওকাদা মিৎনা রাবি পাঙ্গোং পোংজিং খুনুতা অকোজি অকোজি।" রাদা কাবা রাতোন লোমখ্রে, উদা কাবা উতোন লোমখ্রে। মোইরাং হরাওবা ক্লুমগাংই পোরৈতা ফাওবা হাইনরি। নুমিদাং

ৱাইগী ঙুংশিঙনা থাজিংগী পাওদাক্না শিংলকপদা খম্বগী ফনা লৈবো, শাবগা থোইবীগী থবুনাগা (থৌরিদা শিবা লিক্লা) য়েৎনবে। লাইগী পাওদাক লাইগা নোংদম উবদা লৈবাক নিংথৌ অঙম্বা লোইনা বা ৱা লাওনখ্রে।

খম্ব থোইবীগী জগাই উবদা অথা নো বান খোইরাংবনা কম্বা যাখিদ্রে। নোংবানগী মতৌ উবদা মাপী তাংলাইশিনা মথা চিন্না খাযারখি। নো বান — "খম্ব থোইবীগী জগাই য়েংজনি দে শৌবা কি খল্লু"। শোবানা কি খল্ল। খম্বগী ফিজগা থোইবীগী লিকা য়েৎনবে হাইবা নমুগী খোনফম তাবদা লেবাক্কী য়াৱা লাওরকপদা মোইবা নোংবান কম্ফমদগী হৌগৎখ্রে।

নোংবান—উবে শৌবা কি খল্লু যে নি দে।

শৌরা—অৱাংবদা অনেম্বনা কি খনবা ঙমদ।

নোংবান্দো অমুক কমই অমুক যেংই অমুক হৌগৎলি লৈত্তাবা ঙমখিদে, থৱাই চান্না ইৱাং লা খি। চবৈগা লিক্লাংগা যেৎনবা অতুদা থাজগী লাইবৌ খুৎকোই লোইখ্রে ঔগ্রী হঙ্গেন চোংখ্রে। মোইরাং নিংথৌ সনা যাইকোনবুংদা লে শিনখ্রে। বাঙ্গোন নিংথৌ অঙম্বা পূন্নমক অমস্যুং লৈবাক মীযামস্যু নিংথৌগী কৈনা ঙুংইন্না থাজিং লাইকোম্দগী কুম্নখ্রে।

হৱাওবা লোইরতুনা লাইগী লমজেন চেনখ্রে, মুক্না য়েন্দম্নখ্রে। অমাইবা অমাইবীনা কেগে মোইরাং লৈবাক চাওনবা নিংথৌ মরা তপ্পবা হাইতুনা যাইকোনবুংদা যাতাকমদা অমস্যুং ঈনামুংদা কোনযাই হুনখ্রে।

---



মোইরবা

